# জাতিগী থৌরম খন্না

শ্রীনিংথৌজম ইবোতোম্বী সিংহ
বিঃ এঃ, ডিঃ পিঃ এড ( এন, এফ, সি ) বিঃ এড,
প্রেসিডেন্ট টিচর চুরাচাঁদ হায়র সেকেণ্ডরী স্কুল, ইম্ফাল।



মমল লুঃ ৩৫০

ফোঙজবী :

শ্রীনিংথৌজম মেমচা দেবী

এলাংবম লৈকাই।




১৯৭৪

অহানবা খুৎনম

কোপি ১০০০

লাইরিক ফংফম—

১। রোয়েল বুক হাউস, শিংজমৈ

২। ডিভাইন বুক ডিপোঃ পাউনা রোড।

---

ছাপা নম্ফম—ডি, মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ, ইম্ফাল।

# FOREWORD

শ্রীনিংথৌজম ইবোতোম্বী সিংহ, এসিষ্টেণ্ট টিচর চুরাচাঁদ হায়র সেকেণ্ডরী স্কুলনা ইবা "জাতিগী থৌরম থৱা" হায়বা অসি মকোক্তগী লোইবা ফাওবা পারে। পীক্লিবা অঙাংশিংদা মশা-মঊ ফনবা, লমচং-ব্যবহার খঙনবা, মীয়ক তিনবদা চংকদবা শাজংকী ওইবা লাইরিক অমত্তুং লৈরবদি য়াম্না মুংঙাইগনি খল্লম্মী। অদুগা হৌজিক্কী নহারোলশিংগী মফমদা অসিগুম্বা অৱাংপা লৈরিবসিবু করম্না মেনখৎকদগে হায়না থৌরাংলম্বা অদু শ্রীসিংহনা মতাং-চানা পূখোক্লকপা অসিদা পূক্লিংদা মুংঙাইবা ফাওই।

হৌজিক্কী নহারোলশিংদা অসিগুম্বা ফিজিকেল এডুকেসনগী মরু ওইপ্রবা প্রোগ্রাম্বু লাইরিক মচাসিনা অসুক্কী মতিক কান্নবা ফংগনি হায়বগী অশেংবা লমজিং পী। লাইরিক অসিগী মশাদা তাঙক তাঙক নাইনা জাতিগী ওইবা, তোদবা য়াম্রবা থৌরমশিংগা কোম্নদা পৃথিবীগী ওইবা মমান্নবা মরক্তা করম্না তিল্লুগদগে অমদি করম্না চঙশিল্লবগে হায়বগী রাকম অমসুং মমা লৈবাক্কী-দমক থৌদাং য়াবদা মখোয়গী থৌদাং করিনো হায়বদু লেখক্না নিঙথিনা রেফরেন্সকা কোম্নদা ময়েক শেংনা শেংনা পাল্লি।

অরোইবা ওইনা লাইরিক মচা অসিমক্না হৌজিক মতমগী চুনরবা জাতিসিগী নহারোলগী লমজিং ওইগনি হায়বসি তশেংনা থাজৈ।

শ্রীথাংজম মধু সিংহ
ডিপুটি ডাইরেক্টর ওফ এডুকেসন (পি)
মণিপুর গোভর্ণমেণ্ট।

## ৱাফম খরদং



"জাতিগী থৌরম খর" হায়বা লাইরিক মচা অসি ফিজিকেল এডুকেসন প্রোগ্রামগী মসুং চনবা স্কুলগী থৌরম পরেং খরনি। লাইরিক অসি তাঙ্কক মরিনা শাজবনি।

### অহানবা তাঙ্কক

তাঙ্কক অসিদা জাতিগী ফিরাল, ঈশৈ অমসুং লৈবাক নিঙবা ঈশৈশিং হিন্দী অমসুং মণিপুরীদা য়াওরি। অসিগুম্বা জাতিগী ফিরাল অসিগী মতাংদা স্কুলগী ফিরাল চিংখৎপা অমসুং লৌথবগী মরু ওইবা নিয়ম কয়াস্থ মরু ওইবা লাইরিক কয়াদগী নৈনজরগা পীজরি। স্কুলগী অঙাংশিংদা "লৈবাক নিঙবা ঈশৈ" অসি শকপা তম্বীবনা মমা-লৈবাক পোক্লকম লমদমবু নুংশিবগী ইথিল শেমগৎপদা খরদং মতেং ওইগদরা হায়দুনা হাপচিজে।

### অনিশুবা তাঙ্কক

তাঙ্কক অসি মাইনর গেমস কয়ানা পুনশিল্লগা শেমজবনি। অসিগুম্বা গেমশিং অসি শাম্নবনা অঙাংশিংগী অহাঙবা মশমবু নুংঙাইবা মওংদা শীজিন্নহনবা ঙমগত্রা হায়না খঙজদুনা হোৎনজবনি।

## অহুমশুবা তাঙ্কক

তাঙ্কক অসিদা ড্রিল অমসুং মার্চিংগী নিয়ম খরনা শেম-জবনি। অসিগুম্বা তাঙ্কক অসিনা স্কুলগী অঙাংশিংনা প্লে-ডে, ফ্লেগ সেলুটেসন অমসুং অতৈ অতৈ অতোপ্পা স্পোর্টস মিট কয়াদা শীজিন্নবদ নত্তনা স্কুলগী অঙাংশিংগী মশা মউ ফবা অমসুং ডিসিপ্লিনগী মতাংদা খরদং মতেং ওইগদরা খন্দুনা হাপচবনি।

## মরিশুবা তাঙ্কক

তাঙ্কক অসি পৃথিবীদা চৎনরিবা পৃথিবীগী ওলিম্পিক গেমসগী মরমদা খরা খজিক্কং স্কুলগী অঙাংশিংদা খঙহনবা অসিনা, শোংখহৌরবা শাম্নবগী খবক অসি স্কুলগী অঙাংশিংদা কাম্নবা খরা লাক্কদ্রা খঙদুনা হাপচবনি। অসিদা নত্তনা মমা নৈবাকপু মিংঙবা, অমগা অমগা মুংশিনবা, পুম্না থবক তৌমিন্নবগী ব্রাখলদা খরদং মতেং ওইগদ্রা খল্লে।

মথক্তা পীজখ্রিবা থৌরম পরেংশিং অসি ফিজিকেল এডু-কেসনগী থৌরম পরেং ঙাক্কনি। মণিপুরদদি ইনৌ-নৌবা ব্রাফম্মক নত্রবসু শোংখরিবসিগী মরম অসি থিগে হায়রবদি হৌজিকী পৃথি-বীদা ফাওরবা মীওই কয়াগী মত খরা লৌবা ভাবনা মখাদা খরদং পঙরি।

হৌজিকী শিক্ষাগী পথাপ অসি চাওখৎলক্রবা বিজ্ঞানগী মতুং ইন্না মমাংৈগী চৎনরম্বা শিক্ষাগী মওং 3 Rs. হায়রবদি Reading, Writing অমসুং Arithmetic অদু মপুং ফাবা

শিক্ষা অমগুম্না লৌনরক্লে। মতমগী খোঙলৈ মতুং ইম্না শিক্ষা অসিনা অঙাং অমবু হিরম খুদিংমক্তা মপূং কাইনবা অসিনি। মপূং ফাহনবা হায়বদি হকচাং ফবা, পুক্নিং তপ্পা, সমাজগী মীওই অমা ওইবা অমসুং অধ্যাত্মিক্কী ওইবা রাফম অসিনচিংবা অসিনি। অসিগুম্বা মপূং ফাবা শিক্ষা অসি শাগৎপা মতমদা 'ফিজিকেল এড়ুকেসন' অসি অমনি। শিক্ষা অসি মীওই কয়া কয়ানা মখোয় মখোয়গী তোঙান তোঙানবা মোত পীনরি। Dr. J. B. Nash না অসুম্না হায় –

**"Physical Education is an education through physical activities for development of total personality of the child to its fullness and perfection in body, mind and spirit"**

অসিগুম্বা শিক্ষা অসিগী জগৎ অসিদা ড্রিল অমসুং মার্চিং, ফিজিকেল ট্রেনিং, গেমস অমসুং স্পোর্টস অসিনচিংবা থৌরমশিং অসি ইচম-চম্বা থৌরম নত্তে। মখোয়শিং অসি পুক্নিং অমসুং হকচাংবু মরি লৈনহনবা ওম্বা মখলগী শিক্ষা অমনি।

কনা কনাগুম্বনা অসুম্না লৌনবসু য়াওই মদুদি "ফিজিকেল এড়ুকেসন অসি হকচাং ফননবগীদমক পীবা অঙাংশিংগী লাই-রিক-লাইশু তম্বদা মতম মাঙগদবা কান্নদবা বিষয় অমনি, মসিগী মহুত্তা অক্ষ, ইংরাজীনচিংবা তম্বনা অঙাংশিংগী চাওখৎপা হেন গনি।" অসিগুম্বা রাখল চেনবা মীওইশিং অসি অরানবা রাখলদা পুরে হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। করিগুম্বা অচুম্বা মওংদা ফিজিকেল এড়ুকেসনগী থৌরমশিং অসি অঙাংশিংদা তম্বিরবদি লৈবাক অমগী লাইরিক-লাইশু হৈরবা নাগরিক অমনা লৈবা

মগুণশিং—চোকশিন-থোইজিনবা, নিয়ম নাইবা শাজৎ, পুন্না থবক শুমিন্নবা, পুন্না শান্নমিন্নবগী ৱাখল, পাইরকী লৌশিং থোনা ফবা, ৱাজভক্তি লৈবা, অহল-লম্মল অমসুং লৈবাকী চৎনবীদা ব্যবহার লৈবা অসিনচিংবা অসিনি। অসিগুম্বা মওং অসিদা ফিজিকেল এডুকেসনগী থৌৱম কয়াগী পান্বেনা মপুং ফাবা শিক্ষা অসি পী হায়বসি খনবীকম থোকই।

মথাদা ফিজিকেল এডুকেসনগী তোঙান তোঙানবা definition খরা পীব্রি।

"Physical Education is the social process of change in the behaviour of the human organism, originating primarily from the stimulus of social big-muscle-play and related activities"—*C. C. Cowell.*

"Physical Education is that part of that general education programme which is concerned with the growth, development and education of children through the medium of big muscle activities, it is education of the whole child by means of physical activities. Physical activities are the tools. They are so selected and conducted as to influence every aspect of child's life—phsically, mentally, emotionally, morally"—*H. C. Buck.*

"Physical education is the sum of man's physical activities selected as to kind and conducted as to out comes"—*Jesse Feiring Williams.*

"Physical education is that phase of education which is concerned, first, with the organisation and leadership of children, in big muscle activities, to gain the development and adjustment inherent in the activities according to social standards, and second, with the leadership of the activities so that the educational process may go on without growth handicaps"—*Clark W. Hetherington.*

অসিগুম্বা মওংশিং অসিদগী ফিজিকেল এডুকেসনগী থৌ-রমশিং অসি লৈবাক লৈবাক্কী ওইবা Philosophy, tradition অমসুং রাজনিতিগী থোঙথাং মতুং ইন্না চৎথ। খুদম ওইনা হায়রবদা চিনগুম্বা লৈবাক্তা ড্রিল অমসুং মার্চিং অসিনা মখোয়গী মরু ওইবা থৌরম ওই। অদুবু ভারতকুম্বা গণতন্ত্রগী লৈবাক্তদি মীপুম খুদিংমক অসি মশা-মউ ফবা, লুচিংবগী শক্তি লৈবা অমসুং মপুং ফাবা নাগরিক অমমম ওইবা অসিনচিংবা অসি ফিজিকেল এডুকেসন অসিগী মরুওইবা উদ্দেশ্যনি। J. F. Williams না অসুম্বা হায়রম্মি -

"Physical Education should aim to provide skilled leadership and adequate facilities, which will afford an opportunity for the individual or group to act in situations which are physically wholesome, mentally stimulating and satisfying, and socially sound"

অমুক্তা য়েংসি, 'Aim' হায়বা অসিগী অর্থদি "direction" নত্রগা "point" হায়বনি। খুদম ওইনা হায়রবদা নোংমৈ কাপ্পা

নিপা অমনা শক্তি অমদা aim তৌরি। অসিনা খঙহল্লি, মচুদি নোংমৈ কাপ্পা নিপা অসিগী মক ওইবা পান্দমদি শক্তি অদুবু পালহনবা অদুবুনি। থাঙ্গৎশেংনা হায়রবদা, অসিগুম্বা থুদম অসিদা, শক্তি অসি হাৎপা অসিনা নিপা অসিগী aim নি অমসুং নোংমৈ অদুনা হেক কাপতুনা শক্তি অদু পান্দুনা লৈমায় থক্তা তুবা অসিনা অরোইবা পন্থুংফম ( ultimate goal ) ওইগনি। অসিগুম্বা মওং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মে, মদুদি করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা aim অমসুং goal লৈ হায়বসি। অসুম্না স্কুলগী অঙাংশিংবু মশা মত্ত ফহনবা অমসুং মপুং ফাবা নাগরিক অমমম ওইহনবা অ স ফিজিকেল এডুকেসনগী ওঝাশিং ( P. E. T. ) গী aim নি। অমরোমদা স্কুলগী অঙাংশিং অসিনা মশা-মত্ত ফবগা লোয়ননা মপুং ফাবা নাগরিক অমমম ওইহনবনা পান্দম অসিগী পন্থুংফম ওইগনি।

অদুগা অমুক্তা নিঙশিংসি মশা-মত্ত ফবা পূকচেল ওপ্পা, মবুদ্ধি মরোশিং লৈবা, মপুং ফাবা নাগরিক অমা ওইবা হায়বসি নোংমা নত্রগা চহি ৩/৪ গী সুংদা হেক ওইবা য়াবা নত্তে। মসি অসুক্কী মতিক মতম য়াম্না চঙলবা মতুংদা ওইরকপা ফলনি। মতৌ অসুম্না ফিজিকেল এডুকেসনগী উদ্দেশ্যাদি অসুক্কী মতিক য়াম্না পাক-চাউখরে, মদুদি অসিগুম্বা শিকা অসিগী অখঙ অহৈংশিংনা মাগী মাগী ওইবা মত কয়ামরুম পীনরক্লি।

মখাদা অখঙ-অহৈংশিংগী উদ্দেশ্য খরসু পীরি : -

১। হকচাংগী কায়াৎ থুদিংমক য়াম্না ফনা থম্বা।

২। জ্ঞান চাওখৎপা।

৩। সমাজগী লমচৎ-ব্যবহারবু খঙনা মপুং ফাবা নাগরিক অমা ওইবা।

৪। পোম্পাবগী মতমবু নিঙথিজবা মওংদা শীজিন্নবা।

৫। মশিক চাবা লিডর থোকহনবা অসিনচিংবা।

১। হকচাংগী কায়াৎ খুদিংমক য়াম্না ফনা থম্বা :— মী অমগী মশা-মউ ফনা লৈবা হায়বা অসি হকচাংগী organic system শিং অসি মাগী মাগী মথৌ নিঙথিজনা তৌরিবা মখৈ মশা-মউ ফবা মী অমনি হায়না লৌনৈ। মখোয়শিং অদুদি —Respiratory System, Circulatory System, Digestive System, Exeretory System অসিনচিংবা অসিনি। ঐখোয়না চাং নাইনা শান্নবা নত্রগা হকচাংগী শাজেল তৌরবদি অসিগুম্বা হকচাংগী কায়াৎশিং অসিগী শক্তি অসি হেঙ্গৎলকই। অসিগুম্বা মওং অসিদা শীজিন্নরবদি থাঙবা কনবা, অমসুং শক্তি লৈবা হকচাং অমা ওইবা ঙম্মি।

২। জ্ঞান চাওখৎপা : ঐখোয় মীওইববু মশানা মশাবু য়াথল খলহজবা, অমসুং অরুবা থবকপু লায়না পাঙথোকপগী শক্তি পী। খুদম ওইনা হায়রবদা কনাগুম্বা অঙাং অমনা khokuo শান্নবদা য়াম্না হৈথোই-শিংথোইবদু অতোপ্পা বিজ্ঞানগী মরম অমদসু হৈথোই-শিংথোইগনি অসিগুম্বা মওং অসিদগী হায়বা য়াই, নাহা ওইরিবা অঙাংশিংদা ফিজিকেল এডুকেসনগী

থৌরম পরেং কয়া অসি পীরবদি মখোয় মখোয়গী পুক্নীংগী শক্তি অসি চাওখৎলকনি হায়বসি অখণ্ড-অহৈশিংগী মতনি।

৩। সমাজগী লমচৎ-ব্যবহার খণ্ডনা মপুং ফাবা নাগরিক অমা ওইবা :—মীওইবা হায়বা অসি পৃথিবী অসিদা লৈরিবা জীবশিংগী মনুংদা মশাগী রাখল খঙবা ঙম্বা, পুম্না সমাজ অমদা লৈমিন্নবা পাম্বা জীব অমনি হায়বসি মীপুম থুদিংমক্না য়ানরবা রাকন্নি। অসিগুম্বা মী অমা ওইবদা চেনবা গুণ কয়া হায়বদি—মশাবু মশানা থাজবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা, রাজ-ভক্তি লৈবা, পুম্না থবক শূমিন্নবা, হায়বা ইনবা, অমসুং অরা-অনা কয়াবু মায়য়োক্নবা ঙম্বা অসিনচিংবা অসি ফিজিকেল এডুকেসনগী থৌরম কয়াদগী ফংবা ঙম্মি। অসিদা নত্তনা থুদোংথীবা কয়া মায়য়োক্নবা অমসুং পাইরক্কী লৌশিং কয়া গেমসতগী ফংবা ঙম্মি। মরম অসিনা ফিজিকেল এডুকেসন অসিনা সমাজ অমা শেমগৎ-শাগৎপদা অচৌবা শরুক অমা য়ারি।

৪। পোত্থাবগী মতমবু নিঙথিজবা মওংদা শীজিন্নবা :— মীওইবা ঐখোয়না নোংমা নোংমগী চারিবা য়েঙ্গাং অসি মওং মওংগী হোংদুনা চানিঙঙি। থুদম ওইনা হায়রবদা ঙা থোংদু-নবা চারিবা মী অদুসু নোংমদি মনা মশীংগীসু মচানিংঙকই। অসিগুম্না ঐখোয়না নোংম নোংমগী শূরিবা থবক, তম্নিবা লাই-রিক, শুদুনবা তমদুনবা লৈনদে, অদুনা পোত্থাননবা মতম থর থরদি মথমনৈ। অসিগুম্বা পাউরৌ অমসু লৈ—"All work

and no play makes Jack a dull boy. All play and no work makes Jack a mere toy" অসুম্না মী অমনা মহাক্কী থবক্তা নত্রগা শান্নমুনতা লৈরবসু শোয়দনা কান্নদবা, চুমদবা মওং ওইরকনি।

অসিগুম্বা কিবমদা ফিজিকেল এড্যুকেসনগী মথাদা রিক্রে-সনেল ওইবা থৌরম কয়া পীরবদি অরাবা পূম্নমক কাউথোক-হল্লি অমসুং মসিগা লোয়ন-লোয়ননা অনৌবা রাথল অমসু পোকহনবা ঙম্মি।

মরম অসিনা পৃথিবীগী অথঙ-অহৈশিংনা থাজনরি, মদুদি অঙাংশিং অসিদা ফিজিকেল এড্যুকেসনগী থৌরম পরেং অসি পীত্রবদি (ক) মশা ফজবা (খ) রাথল থনবগী শক্তি রাৎপা, (গ) ফজবা লৌশিং শীজিন্নমুনা, মশাবু ঙাকথোরবা হোৎনবা, (ঘ) ডিসিপ্লিন লৈরক্তবা অসিনচিংবা অসি থোকহল্লি। মরম অসিদগী অঙাংশিংবু মশা মউ ফহনবা, মশাগী রাথল শীজিন্নবা ভম্বিবা অমসুং অরুবা ভানফমদা মায়রোং য়াবা অসিনচিংবা ফিজিকেল এড্যুকেসনগী য়াম্না মরু ওইবা উদ্দেশ্য অমা ওইরি।

৫। মতিক চাবা লিডর থোকহনবা: সমাজ অমগী য়াম্না দরকার ওইবা, মতিক চাবা লিডর থোকহনবা হায়রবসি শিক্ষা অসিগী উদ্দেশ্যশিংগী মসুংদা মরু ওইবা অমনি। গণ-তন্ত্র চৎপা লৈবাক অমা ওইবা মরম্না ভারতসু অসিগুম্বা মথলগী লিডর কয়া থোররবা, পীক্লিবা স্কুলগী অঙাংশিংদগী মথোঙ শোম্নরি অসুম্বা মীওইশিং অসি অহানবা পাঠশালাদগীনা অরাংবা থাক্কী

বিশ্ববিদ্যালয় ফাওবগী থাক ফাওবদা চঙদবা য়াপ্রবা অমনি। মরম অদুনা ক্লাসকী লিডর, হাউসকী লিডর, শান্নবগী লিডর অসিনচিংবা শিক্ষা অসি স্কুলগী অঙাংশিংদা য়াম্না মরু ওইবা থৌরম অমা ওইরকই। অসিগুম্বা লিডরশিং অসি শেমগত্নুনা মতিক চাবা থৌদাং কয়া শিন্নরগা মথোয়বু মতিক চাবা লিডর অমমম ওইহনবা হায়বসি মতম অসিগা য়াম্না চূনরবা শিক্ষাগী পথাপনি।

হায়জনিঙবা অমনা ঐহাক্না ইরৈবাক অসিগী নাহারোল ছাত্র ছাত্রীশিংদা আপিল তৌজরি—"ঐথোয় খুদিংমক ইশা ফনবা হোৎনসি, হায়বা ইনবা ব্যবহার খঙবা ওইসি, ইমা লৈবাকপু সুংশিসি, ঐথোয় খুদিং পুন্না অমত্তা ওইবা লিচিংদা হিংমিন্নসি" অসিনি। মসিদা নাহা ওইবগী রাথম্না করিগুম্বা লমফৈ অমা লাক্লবদা অথঙঅহৈ, অহল-লম্মন্না ঐথোয়বু চুমথোকপিসন্নু। লাইরিক মচা অসিমত্তং থোক্লবা হোৎনবদা অরাবা শরূক য়াবিখিবা শ্রীও, ভোগেশ্বর সিংহ লিটরেরি ফেলোসিপ মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী, শ্রীমঙ্গী সিংহ, গীতা প্রেস মেনেজর, শ্রীজয়ন্তকুমার শর্ম্মা, ওল ইণ্ডিয়া রেডিও, ইম্ফাল অদুগা শ্রীযুক্ত থাংজম মধু সিংহ ডিপুটি ডাইরেক্তর ওফ ফিজিকেল এডুকেসন মণিপুরগী মফমদা ঐগী শিংঙমত্রবা লম্মন তোনশিজে। অরোইবদা লাইরিক মচা অসি অহানবা থোক্লবা হোৎনবদা অরাবা খুদোংথীবা কয়াস্থ মায়থোক্লজখি। মরম অসিনা অরান-অহুই য়াওরম্বা অমদি সজেসন তাকপিরকপা পুম্বা মতুংগী খুৎনমদা হাপচবা য়ানবা ফিগাও শাজরি। —জয় হিন্দ

শ্রীনিংথৌজম ইবোতোম্বী সিংহ

# য়াওকম তাকপা

| বিষয় | পাতায় |
| --- | --- |

## [illegible]





# জাতিগী থৌরম খরা



## অহানবা তাঙ্কক

## জাতিগী ফিরাল অমসুং ঈশৈ

## ( *The National Flag and Anthem* )

মনীং মখা তম্লবা জাতিশিংনা মশা-মশাগী মনীং মখা তম্বগী মশাগী ফিবাল অমসুং ঈশৈ লৈজবগুম্না, ইনীং ইখা তম্লবা ভারত ঐখোয়স্সু ইশাগী ইনীং ইখা তম্বগী খুদম ওইনা জাতিগী ফিরাল অমসুং জাতিগী ঈশৈ লৈজে। কনষ্টিট্যুসন, ফিরাল অমসুং জাতিগী-ঈশৈ অহুম অসি জাতি অমগী মরলনি। মরম অসিদগী

জাতিগী ফিরাল অমদি জাতিগী ঈশৈ ( The National Flag & the National Anthem ) অনি অসিগী মরমদা খিজিনবা হায়বা অসি ঐখোয়গী তৌত্রবা য়াত্রবা ইথৌদাংনি। স্বরাজ ফংলবা লৈবাক খুদিংদা জাতিগী ফিরাল অমসুং জাতি ঈশৈ অনি অসিগী মরুওইবা উদ্দেশ্য অঙাংশিংদা তম্বি। অসুম্না তম্বিবা অসিনা অঙাংশিংগী থম্মোয়দা মরৈবাক নিংবা, মরৈবাকপু নুংশিবা অমসুং পোক্লফম লমদমবু বেভার তৌবা অসিনচিংবা অসি নহা ওইরিবা অঙাংশিংগী থম্মোয়দা অনৌবা ইথিন অমা পীরকই। মরম অসিদগী পিক্লিবা অঙাংশিংদা জাতিগী ফিরাল অমসুং জাতিগী ঈশৈ তম্বিবা অসি মরু ওইবা থৌদাং অমনি।

## *মমসা জাতি-ফিরালগী ৱারী

ভারত জাতিগী ফিরাল ( The National Flag ) অসি ইং শোক ১৯৪৭ জুলাই ২২ দা ভারতকী কনষ্টিট্যুয়েণ্ট এসেমব্লী ( the Constituent Asembly of India ) না য়ানদুনা ভারতকী পার্লিয়ামেণ্ট হাউস্তা জাতিগী ফিরাল অসি *ইহান হান্না পাইখি অদুগা ভারত জাতিগী নুপাশিংনা আগষ্ট ১৪/১৫ গী অহিংদা ফমখিবা কনষ্টিট্যুয়েণ্ট এসেমব্লীগী মফমদা শিন্নখি। মতৌ অসুম্না ইং শোক ১৯৪৭ আগষ্ট ১৫ দা ভারত জাতিগী ফিরাল অসি মনীংমখা তম্না অতিয়াদা পাইখি।

## ফিরালগী মওং মতৌ

ভারতকী ফিরাল অসি মচু অহুমগী ফিরালনি, গেরুৱা ( Saffron ), অশংবা (Dark green) অমসুং অঙৌবা (White)

* NFC. Page 225

মচু অহুম অসিনি। অঙৌবা মচুনা, মচু অহুম অসিগী ময়াম়দা অতিয়া মচু ( Navy blue ) গী অশোক চক্র অমা য়াওই। অশোক চক্রগী পাকচাউবসি চাউরাক্লা অঙৌবা মচুগী মরাক্কী ২:৩ (শরুক অহুম থোকপগী অনি) গী চাংদা ওইগনি। মচু অহুম অসিনা ভারত-কী সভ্যতা অমসুং জাতিগী নোম্বদা পূক্লিং চঙবগী অর্থ উৎলি।

## গেরুৱা ( Saffron)

গেরুৱা মচু অসিনা পূক্লিং চঙবা অমসুং থৌনা ফবগা লোয়ননা থৱায় কৎথোকপা উৎলি। মসি ঐখোয়গী ইতিহাসকা য়াম্না মরী লৈনৈ মতুংদি সাধু অমসুং সন্যাসি ( Sadhu Sanyasee ) না মখোয়গী থৌরী ওইনা শিজিন্নরমই অমসুং রাজ-পুটকী লাম্মীশিংনা মখোয়গী লানগী ফিজোল ওইনসু শিজিন্নরম্মী।

## অঙৌবা (White)

অঙৌবা মচুনা অচুম্বা অমসুং অশেংবা শান্তিগী অর্থ পী। অচুম্বা ঙাঙবা, অশেংবা থবক তৌবা অমসুং অফবা রাখল খনবা অসি ঐখোয়গী শিঙথানবা য়াবা নুপা নুপীশিংগী থৌনানি হায়বা তাকই।

## অশংবা মচু (Dark green)

অরোইবা মচু অসিনা ধর্ম্ম অমসুং পুন্সিগী ওইবা মতম খুদিংমক্তা চাওখৎপগী খুমাং চাওশিনবা উৎলি। মসিনা অসিমসু খঙহল্লি মতুংদি প্রকৃতিনা ঐখোয়গীদমক লম অমসুং ঈশিং পীবিবগা লোয়ননা কম্না নোমতুনা চাওখৎপা খোঙথাংদা পুরকপচু উৎলি।

## চক্র ( Chakra )

চক্র অসি নিংথৌ অশোকী সর্ণাথ লাইওন কেপিটেল (Sarnath Lion Capital) দা উবা ফংই। ঐখোয়না খঙই মদুদি মহারাজ অশোক্না অচুম্বা ধর্ম্ম অমসুং শান্তিগী মঙুন্না মহাকী খুৎলাই ওইনা চক্র অসিনা ঐখোয়দা মখল কয়া কয়াগী অর্থবু খঙহল্লি। পাঙ্গন কন্না অরেপ্পা লৈতনা, মতমলৈবা খিবিক্তা খুমাং চাও-শিনবা অসিনচিংবা তাকই। অসিগুম্বা শক্তিগী খুদম অসি ঐখোয়গী ইপা ইপূশিংনা ঐখোয়দা মথং মথং ওইনা শিন্নবীরম্মি।

চক্র অসিনা অমুক্তা খঙহল্লি মদুদি ঐখোয় ভারত মচা-শিংনা খুমাং চাওশিনবগা লোয়ননা, মচৈ মশিং তম্বা, জ্ঞান তানশিনবা অমসুং থৌনা ফবগা লোয়ননা ত্যাগ তৌবা, চুম্বা ঙাংবা অমসুং ধর্ম্ম চেনবা পূকচেন অসিনচিংবা তান্নব' মতমদা মসিনা ঐখোয়বু লমজিংবা উৎলি।

## জাতিগী ফিরালগী ফি

জাতিগী ফিরালগী ফি, অসি লশিং ফি. শামতুফি, নন্ত্রগা মুগাগী ফিনা ওইগনি। গান্ধীজীনা খ্বায়দগী পাম্লমবা ফিদি খুৎনা শাবা অমসুং খুৎনা লোনবা নন্ত্রগা তুবা অদুনি। মসিনা ঐখোয়গী 'জাতিগী মপা ইবুংঙো' গান্ধীজীনা খ্বায়দগী হেন্না পামজরম্মনি।

## ফিরালগী মরাক অমসুং মমুং

এন, এফ, সি গী মতুং ইন্না ঐখোয়গী জাতিগী ফিরাল অসি মরাক অমসুং মমুংগী মতুং ইন্না মখল মঙা থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুগী মরম, মতৌ মখাদা উৎলি।

১। ২১´× ১৪´ ( ৬·৪০ মিঃ × ৪·২৭ মিঃ )

২। ১২´× ৮´ ( ৩·৬৬ মিঃ × ২·৪৪ মিঃ )

৩। ৬´× ৪´ ( ১·৮৩ মিঃ × ১·২২ মিঃ )

৪। ৩´× ২´ (৯১ সেঃ মিঃ × ৬১ সেঃ মিঃ)

৫। ৯´´× ৬´´ (২৩ সেঃ মিঃ × ১৫ সেঃ মিঃ)

সাধারন ওইবা এন, সি, ই, আর, টিনা পীবা মরাক অমস্তুং ময়ুং ঃ

১। ৩৬´´× ২৪    ২। ৭২´´ × ৪৮´´

৩। ১৪৪´´ × ৯৬´    ৪। ২৫২´´ × ১৬৮´´

ঐখোয়না পাংথোক্কদৌরিবা কূম্মৈ অজুগী খুদোংচাবা অমস্তুং ফিভম য়েংদুনা পাক-চাউবা অমা শিজিন্নবা তাই। খ্বাইদগী পীকপা অসিদি জীপ অমস্তুং কারনচিংবদা শিজিন্নৈ। স্কুলগী-দমক্তদি ৬´× ৪´ ( ১·৮৩ মিঃ × ১·২২ মিঃ ) অমস্তুং ৩´× ২´ ( ৯১ সেঃ মিঃ × ৬ সেঃ মিঃ ) অসিনা খ্বাইদগী হেন্না খুদোং চানা শিজিন্নৈ।

## জাতিগী ফিরাল শিজিন্নবা নুমিৎশিং

ভারত জাতিগী ফিরাল মখাগী নুমিৎ অমস্তুং থৌদোকশিং অসিদা চিংখৎলি।

১। রিপব্লিক ডে ( Republic Day ) জানুৱারী তাং ২৬।

২। নেসনেল উইক ( National week ) এপ্রিল তাং ৬ তগী ১২ ফাওবা।

৩। ইণ্ডিপেণ্ডেন্স ডে ( Independence Day ) আগষ্ট তাং ১৫।

৪। মাহাত্মা গান্ধিগী মপোক নুমিৎ—ওক্টোবর তাং ২।

৫। অতৈ অতৈগী ওইবা হরাও-কুম্মৈ নুমিৎশিং।

মথক্কী থৌদোকশিং অসিদা চিংখৎপা ফিরাল অদু নুমিৎ অদুগী মমত্রিঙৈদা চিংখগনি। করিগুম্বদসু নুমিৎ অদুগী নত্রগা থৌদোক অদুগী মাঙজোননা ফিরাল অসি চিংখৎতুনা থমলোই-দবনি। ঐথোয়না নিঙশিংগদবা অমদি কুম্মৈ লোইরে হায়দুনা ফিরাল অদু মতোমদা হুন্দোক্লুনা থমলোইদবনি, মতম লৈবা খিবিক্তা মাবু শঙদুনা লৈগনি।

## ফিরাল শিজিন্নবা

ফিরাল চিংখৎতুনা থম্বা নত্রগা শিজিন্নবা মতমদা মথাদা পীরিবা নিয়মশিং অসিগী মতুং ইনগদবনি।

১। গেরুৱা মচু ( Saffron ) না মতোন থংগনি।

২। মিটিংনচিংবদা জাতিগী ফিরাল অসিনা সভাপতি অদুগী মতুংদা অমদি মহাক্কী কোক্কী মথক্তা পাইহন্দুনা থমগনি অমসুং অতৈ লৈতেং পূম্নমক্কী মথক্তা জাতিগী ফিরাল অসি থমগনি।

৩। সভাযাত্রা চৎপা মতমদা য়েৎলোম থংবা লেংজুমদা জাতিগী ফিরাল অসি পুগনি। পাকথনা নত্রগা পৈথনা থক পুরোইদবনি। মথক্তা য়ুংনা ফিরাল অদু পাইহন্দুনা লৈহনগনি।

৪। অতৈ অতৈ অতোপ্পা ফিরাল নত্রগা অতৈ অতোপ্পা লৈতেং অমত্তা জাতিগী ফিরালসিগী মথক্তা নত্রগা মায়না নাকন্দা

চিংখৎলোইদবনি। মায়না নাকন্দা, করিগুম্বদা, চিংখৎপা ভারবস্তু ভারত সরকারগী পাউতাক লৌগনি।

৫। লৈ, লৈ-পরেংনচিংবা অমদি অতৈ লৈতেং অমত্তা জাতিগী ফিরাল কিরিবত্তুগী মথক্তা হুক্লোইদবনি (থেৎলোইদবনি)।

## ফিরাল তংখায় চিংখৎপা মতম

করি করিগুম্বা মতমদা জাতিগী ফিরাল অসি তংখায় চিংখৎপা উই। অসিগুম্বা তংখায় চিংখৎপা অসিনা ঐখোয়দা তাকই, কনাগুম্বা লৈবাক্কী নত্রগা মীরৈবাক্কী মতিক মগুণ লৈবা লৈবাক্কী মকোক ওইবা মীওই অমনা শিরবদা শিজিন্নৈ অমসুং লোয়ননা ঐখোয়গী জাতিনা লৈখিদ্রবা নত্রগা লৈখিদ্রবী অদুগী মফমদা নুংঙাইতবা ফোংদোকপগা লোয়ননা মহাক্কী অমদি মহাক্কী ইমুং অমসুং লৈবাক অদুগী অরাবা শরুক য়ারি হায়বা তাকই।

## স্কুলগী Flag Salutation তৌবগী নিয়ম থরা

স্কুলনা জাতিগী ফিরালদা সেলাম তৌবা মতমদা মখাগী নিয়মশিং অসিগী মতুং ইনগনি :—

১। Flag Salutation পাঙথোকদবা মফম অদুদগী নাকল অমরোমদা অতিথিশিং অমসুং অতৈ ভাবোক কয়াগী ফমফম শেমগনি। ষ্টেজ অমা শাবা নত্রগা মফম অদু লৈইনা চুথেক নাইনা চিংদুনা থমগনি।

২। অতিথিশিংগী ষ্টেজ মফম অদুদগী ফূট ১২´ দগী ১৫´ (মিঃ ৩·৬৬ তগী মিঃ ৪·৫৭) লাপ্না ফিরালগী যূথী (Flag Post)

অদু য়ুংগনি। ষ্টেজ অদুগী য়েৎথংবা নাকন্দগী য়ুম্নীসিগী য়ুংফম অদু ফাওবা মথক্কী ফুটশিং অসি লাপহনগনি। য়ুম্বী অসিগী অকোয়বদা ফুট ৫´ দগী ৮´ ফাওবা (মিঃ ১·৫২ দগী মিঃ ২·৪৪ গী Radius অমা লৌরগা য়ুম্বী অদুগী অকোয়বদা অকোয়বা লৈই (circle) অমা য়েক্কনি। হায়রিবা লৈই অকোয়বা অসি Base line গী মতুং ইন্না ময়ায়দা অনিথোক্না খায়দোক্কনি।

৩। ফিরাল শেন্নরিবা (Flag Guard) অদু ফিরাল য়ুম্বী অসিগী মতুংদা অমদি অকোয়বা লৈই অদুগী মনূং ওইরপ্না লেপকনি।

৪। মরুওইবা অতিথি অদুনা য়ূম্বীগী অকোয়বা লৈই অদুগী ষ্টেজরোম থংবা তংখায়দা লেপকনি।

৫। ছাত্রশিংনা ক্লাস-ক্লাস নত্রগা কাংলুপ ওাইনা ফিরাল য়ূম্বী অদুগী মমাংদা লেপহনগনি। মকোক থংবা নত্রগা অহানবগী ছাত্র পরেং অদু ফিরাল য়ূম্বীদগী ফুট ১৫´ দগী ফুট ২০´ (মিঃ ৪·৫৭ তগী মিঃ ৬·১০) ফাওবা লাপহনগনি।

৬। নিঙথিজনা কিরবা ফিরালগী মরী অদু ফুট ৪´/৫´ ৱাংনা ফিরালগী য়ূম্বীদা কিশিনগনি। করিগুম্বা লৈশি-লৈথোন তৌবা তারবস্ত মথক্তা নত্তনা মফম চানা চানা তৌগনি।

নত্রগা

নিঙথিজনা থূপ্লবা ফিরাল অসি মথক্তা চিংখৎতুনা হান্না থমগনি। ফিরাল অসিগী মনূংদা লৈ নত্রগা লৈপরেং কয়া হাপ্লস্থ য়াই।

৭। মরু ওইবা অতিথিনা হেক লাকপদা স্কুল অদুগী হেড মাষ্টর ( ওঝা মকোক ) অদুনা ওকনি অমসুং মাগী ফম্ফম য়ৌনা থিনজিনগনি।

৮। ছাত্র লুচিংবা (P. C.) অদুনা ছাত্র অতৈ অদু সাবধান্দা ( Attention Position ) দা লৈহল্লমগনি অমসুং মানা চঙলক্লুনা মরুওইবা অতিথি অদুদা সেলাম তৌরগা ফিরাল চিংখৎপিনবা হায়জগনি। মানা অতিথি অসিবু ফিরালগী যুম্বী য়ৌবা ফাওবা লমজিংগনি। স্কুলগী হেড মাষ্টরসু অতিথি অসিগা লোয়ননা চঙমিন্নবা য়াই।

৯। মরুওইবা অতিথি অসিনা ফিরাল চিংখৎননবা মাগী মফমদা চঙলকপা মতমদা য়াম্না থুনমক ফিরাল শেন্নরিবা মী ( Flag Guard ) অদুনা ফিরালগী মখোঙদা কিরিবা থৌরী অদু থোক্লগা অতিথিদা লানশিনগনি অমসুং অতিথিনা ফিরাল অদু চিংখত্নুনা পাইহনগনি।*

১০। মরুওইবা অতিথিনা ফিরাল অসি হেক পাইহনবা লোইবগা ফিরাল শেন্নবা মী অদুনা অতিথিগী মখুত্তুগী ফিরাল মরী অদু লৌরগা য়াম্না কন্না কিশিনগনি।

১১। ছাত্র লুচিংবা (P. C ) অদুনা সাবধান্দা লেপ্লগা "সেলুট" হায়না য়াথং অসি ( Command ) পীগনি। মসিগী য়াথং অসি অতিথিশিং অমসুং মরুওইবা অতিথি য়াওনা ইনগনি।

---

* অমাম্বা মতমদা অতিথিনা ফিরাল চিংখৎপদা জাতিয় সঙ্গিত অসি যন্ত্রনা প্লে তৌই।

১২। ছাত্র লুচিংবা (P.C.) অদুনা ভারত জাতিগী ঈশৈ শরুবা য়াথং পীগনি। মফম অদুদা লাক্লিবা অতিথিশিংস্ত য়াওনা অসিগুম্বা ঈশৈ অসি শকপা য়াই। শকপা মতমদা মীশক অমা নত্রগা কাঙলুপ অমনা শকপা য়াই।

১৩। জাতিগী ঈশৈ শকপা লোইরবা মতুংদা ছাত্র লুচিংবা অসিনা ছাত্র পূম্নমক কোমনা লেপহনবা (Stand-at-ease, "বিশ্রাম" য়াথং পীগনি। মখোয় পূম্নমক্লা "বিশ্রাম" দা লেপ্লবা মতমদা ছাত্র লুচিংবা (P.C.) অদুনা মরু ওইবা অতিথি অদুদা ভাষণ অমতং পীবিনবা হায়জগনি।

১৪। ভাষন লোইরব, মতুংদা মরুওইবা অতিথি অদু ছাত্র লুচিংবা (P. C) অদুনা খিন্দোক্কনি।

১৫। মরুওইবা অতিথিনা চৎখ্রবা মতুংদা ছাত্র লুচিংবা (P C) অদুনা অমুক মাগী মফমদা লেপকনি অমস্তং কাঙলুপকী নত্রগা ক্লাসকী অতৈ লুচিংবশিংনা ছাত্রশিং অদু মাগী মাগী কাঙলুপ নত্রগা ক্লাস অদু মফম অদুদগী পুখিনবা য়াথং পীগনি। মতুংদা ক্লাসকী লুচিংবশিং অদুনা মাগী মাগী ক্লাস অদু লাপ্না মফম অদুদগী পুখ্রগা কায়ননবা (Dismiss) "Visarjan" য়াথং পীদুনা মুম্নিৎ অদুগী পাঙথোকপা অদু লোইশিনগনি।

১৬। ছাত্র খূদিংমক্লা কায়নরবা মতুংদস্ত তুমিন তুমিন্না মাগী মাগী মফমদা চৎখিগনি। করিগুম্বা লাউ-খোংবা নত্রগা নিনবা তৌদনা চৎপা অসিনা Flag Salutation গী চপ চাবা সন্মান উৎপা হায়বদু থোকই।

## ফিরাল লৌথবগী নিয়ম

জাতিগী ফিরাল অসি মুমিৎ হেক তারকপগা ছাত্র লুচিংবা অদনা চিংথগনি। চিংথবা মতমদা তপ্পা তপ্পা চিংথগনি। মহাক্লা ফিরাল অদু য়াম্ন চেকশিন্না লৌথোক্কনি অমসুং লৌথোকপা মতমদা নৈপাক্কা কৈদৌউদসু শাহন্নোইদবনি।

ঐখোয়না করি করিগুম্বা মফমদা জাতিগী ফিরালবু য়াম্না মরম চাদনা শিজিন্নদনবগীদমক মখাগী নিয়মশিং অসি নিঙশিংগদবনি।

১। জাতিগী ফিরালদা করিগুম্বা লাই নত্রগা লাইরিক ময়েক অমত্তা ইশিন্নোইদবনি।

২। জাতিগী ফিরালনা নৈতেং ওইনা নত্রগা এডভর্টাইজ-মেণ্টকীদমক ওইনা নত্রগা টেবল ফিদা ওইনা থক শিজিন্নরোই-দবনি।

৩। লন্নাই বুম্মৈগীদমক লন্নাই য়ুমদা, লন্নাই গাড়ীদা, লন্নাই দুকান্দ অসিনচিংবা মফমশিংদা জাতিগী ফিরাল শিজিন্নবা অসি আইন্না য়াদে।

৪। অমনবা জাতি-ফিরালশিং অদু অহনবা কয়ানা মহুৎ শিন্নগা অমনবশিং অদু নীংথিনা লন্নাই ওইবা মওংদা সংস্কার তৌগনি।

নৌনা হৌগৎলক্লিবা ছাত্র অমসুং ছাত্রিশিংগী মফমদা ঐখোয়গী জাতিগী ফিরালবু ঈকায়-খুমনবা উৎপা অমসুং মাগী মরুওইবা উদ্দেশ্যগা লোয়ননা খঙহনবা অসি মীপুম খুদিংমক্কী তৌদবা য়াত্রবা শিন্থানি।

স্কুলগী ফিরাল চিংখৎপদা ছাত্রশিং, কমাণ্ডর অমসুং গেষ্টনা লৈগদবা মওংগী মখল।

BAND

B * L

2·74M

S * L

S * L

S * L

S * L

S * L

S * L

S * L

S * L

2·74M

S * L

S * L

7·32M

S * L

S * L

P ★ C

·14M

Base Line

3·66M

H.G.P

1 2

STAGE

Inspectators
&
Guest

BL=Band Leader
SL=Squad Leader
PC=Parade Commander
P=Flag Pole
G=Guest
H=Hd Master
No 1 & 2=Guide



## জাতিগী খূদম
## ( The National Emblem )

নিঙ তম্নবা লৈবাক খুদিংগী জাতি-ফিরাল অমসুং জাতি-ঈশৈ লৈজবগুম, জাতিগী খূদম ( The National Emblem ) ঐখোয় ভারত জাতিগীসু লৈজে। হায়রিবা খূদম অসি সরকারগী ওইবা পোৎ কয়াদা মরুওইনা উবা ফংই। ঐখোয়গী ভারত অসিদদি সরকারগী সীল ( Seal ) ওইনা শিজিন্নৈ। সরকারগী অফোঙবা লাইরিকশিং অমদি পোষ্টেজ ষ্টাম্প ( Postage Stamp ) কয়া কয়াদা হায়রিবা ঐখোয়গী জাতিগী খূদম অসি নম্মি।

ভারত জাতিগী খূদমদি ( The Natoinal Emblem ) অশোকী 'সর্নাথ লাইওন কেপিটেল' ( Ashoka's Sarnath Lion Capital ) অদুনি। জাতিগী খূদম অসি হায়রিবা কেপি-টেল অদুদগী শিন্দোকপনি অমসুং মদুদা 'ধর্ম্ম চক্র' ( Dharma Chakra ) অসিসু হকই।

জাতিগী খূদম অসি মরুওইনা হিন্দি ময়েক্তা ইবা য়াহৈ "সত্যমেব জয়তে" ( অচুম্বনা জয় ওই ) হায়বা পাউতাক (Motto)

অসিগা নোংশা মকোক্কা ( The Chrest ) অসিনা ওই। নোংশা মকোক অসি মখি ওইগনি অদুবু লাই ওইনা য়েকপা নক্ত্রগা অনপ্পা অশাবা ওইবা মরম্না (অহুমদগী হেন্না উইনবা য়াদবনা) অহুমদমক্ উইনবনি। নোংশাশিং অদুগী লেপক্ষম অদুগী ময়ায়দা চাকা অমা, য়েৎলোমদা শল লাবা অমা, অমস্তুং ওই থংবদা শগোল অমা অস্তুম্না য়াওই।

হায়রিবা শল শগোল য়েকপদুগী নাকল অনিমক্তা চক্রগী মপান লৈ। পূম্নমক অসিনা পূল্লগা ঐখোয় ভারত জাতিগী খূদম শেম্মী।

জাতিগী খূদমদা য়াওরিবা চাকা অসিনা চাওখৎপা অমদি অতৈ থবক্তা খূমাঙ-চাওশিনবা অমস্তুং অরেপ্পা লৈন্তবগী অর্থনি। "মাঙলোমদা চঙশিল্লু, খক লেপকন্নু"। চাকা মশামক লয়জবতা নত্তনা অতৈ খূদিংমকপুন্ন মসিনা অতৎপা লৈতনা লয়হল্লি। মসিনা ভারতকী ইতিহাস হেক হৌরকপদগী হৌজিক ক্ষাওবগী মতম চুপ্পদা ওইরিবা অদুবু নোংহৌননা নীংশিংহল্লি। মসিনা চাওখৎপা অমস্তুং রাত্ত-পাদবা শূরোল-নাউরোল অদুগী খূদমস্ত উৎলি।

ভারত মচা খূদিংমক শান্তি, অমস্তুং অক্ষবা রাখল অচুম্বা ধর্ম্ম, মহৈ অমস্তুং লৌশিং, থৌনা অমস্তুং থরায় কৎপা পূম্নমক অসি মসিগী মখাদা পূক্লিং-হকচাং ওনশিনগনি হায়বসি চক্র অসিনা তাকই।

নোংশানা চীং লেম্বা অমদি মত্তিকচাবা পাঙ্গল; যন লাবনা পূকচেল অতপ্পা, অরেপ্পা অমস্তুং থবক কন্না শূবা, শগোলনা শক্তি খূমাঙ য়াঙশিনবা অমস্তুং হায়বা-ইনবা মখোয় অসিগী অর্থ পী।

মথক্তা পীরিবা খুদমশিং অসি লৈবাক অসিগী কনষ্টিট্যুসনগী মতুংইন্না শেমখিবা ভারত সরকার অসিগী হোৎনমন মনা অমনি। জাতিগী খুদমসি য়াওবা পোৎ খুদিংমক ভারত সরকারগীনি হায়না খঙহল্লি। খুদম কয়া অসিগী অর্থ মুন্না খঙগদবনি অমসুং মতুংগী মতুং ইন্না ঐখোয়না মসিগী মতুং ইন্না থবক পায়খৎকনি।

অতোপ্পা শরুক্তা ইরিবা, "সত্যমেব জয়তে" অসিগী অর্থদি "অচুম্বা অসিতনা জয় ওই" অসিনি। "অচুম্বা থিবা অমদি অচুম্ব-সিনা লমজিংবিনবা" অসিগীদমক ঐখোয়গী পুন্সিগী লম্বীদা কান্নবা পাউত্তাক পীরিবা রাকন্নি।

---

## জাতিগী ঈশৈ

## ( The National Anthem )

জাতিগী ফিরালগুম্না জাতিগী-ঈশৈ অসিসু মনীং মখা তম্বগী খুদম অমনি হায়বা অসি লৈবাক খুদিংমক্কী মীওইশিংনা য়ানরবা রাফম অমনি। জাতিগী ওইবা থৌরম কয়াদা মসিগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যাদি ছাত্র-ছাত্রী অমদি অতৈ নহারোল কয়াদা মসিগী গন-তান্ত্রিক পুন্সি (নিঙতম্ব-পুন্সি) অমসুং ইরৈবাকপু মুংশিবা, লৈবাক্কী হৌগ্রবা পুন্সিগী রারী, চৎনবী, শূরোন-নাউরোল অসসুং তুংগী জাতিগী লাইবক"—পূম্নমক অসিগী রাখল পোকহনবা অসিনি। লৈবাক অমগী, জাতি অমা ওইবগী রাখল পোকপদা নত্তনা

মখোয়দা মশাগী মথৌ, ডিসিপ্লিন, লৈবাক নিংবা, জাতিগী ইজ্জৎ অমসুং লৈবাক্কী সেবাগী রাখল, পুন্নমক অসি ঐখোয়গী থম্মোয়দা পোকহল্লি।

## ঐতিহাসিক ওইবা থরা

জাতি অমগী ঈশৈ হায়বা অসি তাবা মতমদা অসুক্কী মতিক পূক্লিং শুম্বাৎনবগী মশক ওই। ঐখোয়গী ভারত জাতিগী ঈশৈ অসিসু তাবা মতমদা পুক্লিং হূনবগী মশক ওইরবা অমসুং রাখল চোংথোকপা ওমত্রবা অমসুং অরাম-খৌরাংববু হেক কোক-পিবগুম্বা ঈশৈনি। অসিগুম্বা ঈশৈ অসি ঐখোয়না জাতিগী ওইনা "জন গন মন" অমসুং "বন্দে মাতরম"বু জাতিগী ঈশৈ ওইনা লৌই। ঐখোরগী ফাওরবা কবি রবিন্দ্রনাঠ টেগোর ( Rabindranath Tagore) না 'জন গন মন' অদুগা বঙ্কিমচন্দ্র চেটার্জি ( Bankimchandra Chatterjee ) না 'বন্দে মাতরম্' অসি পুথোকপিখি।

## 'JANA GANA MANA' 'VANDE MATARAM'

ইংশোক ১৮৮২ দা বঙ্কিমচন্দ্র চেটার্জিনা মহাক্কী Anand-Math' হায়বা নোভেল অদুদা ইহান হাপ্লা "বন্দে মাতরম" অসি ফোংখি অমসুং শোক ১৮৯৬ তা ভারতকী জাতিয় কংগ্রেস ( Indian National Congress) কী মীফমদা ঈশৈ ওইনা শকখি। অদুবু মীমৈথংদদি অহানবা রাহৈ অনি অসিনা 'শ্লোগান' (slogan)

ওইনা জাতিগী অন্দোলোন্দা শীঙ্জিন্নদুনা মীপুম কয়াগী মফমদা মমা লৈবাকপু নুংশিবগী ইথিল ফাওহনখি অমসুং মসিনা খূৎলাই ওইদুনা মীয়াম কয়াগী থরাই কৎথোকপা ঙমখি।

ইংশোক ১৯১১ ডিসেম্বরগী ২৭ তা অনিশুবা ভারত-জাতিয় কংগ্রেসকী মীফমদ, অসিগুম্বা নিঙথিজরবা, "জন গন মন" অসি ইশান হান্না শকখি অমসুং মথংশিৎনা থংনবা চহি, শোক ১৯১২ দা রবিন্দ্রনাঠ টেগোরনা মহাক্কী তত্ত্ববোধিনী পত্রিকাগী চেফোংদা Bharat Bidhata হায়না ইশান হান্না ফোঙখি। ঐখোয়গী রাষ্ট্র পিতা, গান্ধিজীনা অসিগুম্বা "জন গন মন" অসি ঈশৈ অমা ওইদনা নংনা লাইশোল অমনি হায়খি। অসিগুম্বা ফজরবা ঈশৈ অসি শোক ১৯৪৬ তা United Nations তা চৎলুবা ভারতকী ডেলিগেটশিংদা ওর্কেষ্ট্রা (orchestra) দা খোংলকুনা ঈকাইখুম্নবা উৎলকখি।

শোক ১৯৫০ জানুৱারী ২৪দা ভারতকী Constituent Assembly না "জন গন মন" অসিবু জাতিগী ঈশৈ ওইনা লৌখিরম্মি।

ঐখোয়গী নোঙ্গাথ্রবা প্রসিডেন্ট, Dr. Rajendra Prashad না অসিগুম্বা জাতিগী ঈশৈ অসিগী অইবা সরকারগী ওইবা চেফোং অমদা হায়খি— "জন গন মন" অসি শেমগৎপদা য়াওরিবা ৱাহৈশিং অমসুং music অসি official ওইবা হিরমদা জাতিগী ঈশৈ অমা ওইনা শীজিন্নগনি অমসুং 'বন্দে মাতরম্' অসিসু "জন গন মন" গুম্না চপ মান্ননা ঈকাই খুম্নগনি মরমদি

মসিনা ভারতকী মনিঙ মথা তম্বগী ইতিহাসকী মরিদা শরুক অমা য়ারি।

## স্কুলগী অঙাংশিংনা চৎকদবা নিয়মশিং

মথাদা পীরিবা নিয়মশিং অসি ভারতকী নৌনা হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংগী চাউরবা থৌদাং অমা ওইনা পাঙথোক্কবা য়াব্রবা ব্রাফম অমনি। থবক অসি পাঙথোকপা মতমদা ওজা অমসুং ছাত্র-ছাত্রীশিংগী অচৌবা থৌদাং অমা ওইগনি।

নৌনা হৌগৎলক্লিবা ছাত্র অমসুং ছাত্রী খিবিক্না ঐখোয়গী জাতিগী ঈশৈসি শকপা তমগদবনি।

ঈশৈ অসি শকপা মতমদা ছাত্র অমসুং ছাত্রীশিংনা পুন্না শক্মিন্নবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি।

অসিগুম্বা জাতিগী ঈশৈ অসি শকপা মতমদা অচুম্বা নিয়মদা শক্কদবনি হায়বদি অচুম্বা স্বর অমসুং অচুম্বা শৈশক্তা। অচুম্বা স্বর অমসুং অচূম্বা শৈশক্কীদমক য়াম্না তোয়না তোয়না শকমিন্নবা দরকার ওই। ঈশৈ অসি শকপা মতমদা অকনবা থৌনাগা লোয়নননা পূক্নিং চঙনা শক্কনি।

জাতিগী ঈশৈ অসি নোংমগী স্কুলগী লাইব্রিক তম্বা হৌদ্রিংডৈগী মমাঙদা স্কুলগী Assembly তৌবা মতমদা শক্কনি।

N. B. ঐখোয়না নিঙশিঙগনি মথুদি জাতিগী ঈশৈ অসি শকপা মতমদা সেকেণ্ড ৪৮ দগীনা সেকেণ্ড ৫২ কাওবগী মমুংদা শক্কনি।

"জন গন মন" গী ঈশৈ অসি মপুং ফাবা ঈশৈ (Full Version) অমসুং অতেনবা ঈশৈ ( Short Version ) অনি থোক্না শকনৈ। অতেনবদা মথাগী পরেং অসিতমক থোংনৈ : –

জন গন মন অধি নায়ক জয় হে
ভারত ভাগ্য বিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে,
জয় জয় জয় জয় হে।

অসিগুম্বা অতেনবা "জন গন মন" গী ঈশৈ শকপদা সেকেণ্ড ২০ অদুগা মপূংফাবা শকপদনা সেকেণ্ড ৫২ দগী হেন্না চঙ-হল্লোইদবনি। মপূংফাবা "জন গন মন" শকপা মতমদা য়াম্না তপ্নস্না শক্লোইদবনি, য়ামদ্রবদা সেকেণ্ড ৪৮ দগী তাহল্লোইদবনি। হায়রিবা চাংচৎ অসিদা অখুবা অতপ্পা মাত্রা শেমদুনা নিঙথিরবা অসিগুম্বা ঈশৈ অসি শকনি।

'জন গন মন' অসি যন্ত্রদস্তু খোংই অমসুং চীন্নসু শকই। করি করিগুম্বা মতমদা যন্ত্রনা অমসুং চীন্না ঈশৈ অসি শিজিন্নৈ।

মথাগী থৌরমশিং অসিদা যন্ত্রগী ঈশৈ শিজিন্নৈ :—

১। অকক্নবা থৌরমদা যন্ত্রনা জাতিগী ঈশৈ অসি শিজিন্নৈ। "রাষ্ট্রিয় সেলুট" ( National Salute ) অসি লৈবাক অদুগী রাষ্ট্রপতি, গোভর্ণর অমসুং লেফঃ গোভর্ণর অসিনচিংবা মন্ত্রিশিংদা পীবা মতমদা যন্ত্রনা জাতিগী-ঈশৈ শিজিন্নৈ।

২। আগষ্ট ১৫ ( ইণ্ডিপেণ্ডেট ডে ) অমসুং জানুৱারী ২৬ ( রিপব্লীক ডে ) নুমিৎশিং অসিগী থৌরমশিংদদি রাষ্ট্রপতি নত্রগা গোভর্ণর নাক্লৃবস্তু ( য়াংদ্রবস্তু ) যন্ত্রনা জাতিগী ঈশৈ শিজিন্নবা য়াই। থৌরমশিং অসিগী "সেলুট" অদু জাতিগী ফিরালদা কৎপনি অমসুং "রাষ্ট্রিয় সেলুট" নি।

৩। লৈবাক অদুগী রাষ্ট্রপতি অমসুং গোভর্ণর নত্রগা লেফংঃ গোভর্ণর মশামক্লা মহাক্কী ষ্টেট্টা লাকপা থৌরম খুদিংদা যদা। জাতিগী ঈশৈ শিজিন্নৈ। মসিবু "রাষ্ট্রিয় সেলুট" হায়না খঙৈ।

## মথাগী থৌরমশিং অসিদগী জাতিগী ঈশৈসি শকৈ

১। য়াম্না মরুওইবা নত্রবস্তু লৈবাক অদুগী মন্ত্রিশিং লাকপা থৌরমদা জাতিগী-ঈশৈ শকৈ।

২। পোক্লফম ইমা লৈবাক্তা ব্যবহার অমসুং ইজ্জৎ উৎপগী থৌরম খুদিংদা জতিগী-ঈশৈ শকৈ।

৩। নুমিৎ খুদিংগী স্কুলদা জাতিগী ঈশৈ অসি শকৈ।

## ঈশৈগী মরুওইবা বা মচং

ঈশৈ অসিগী মরুওইবা বা মচংদি মপাঙ্গল কল্লবা অপুনবা ভারত জাতি অমা ওইনবা অমসুং ইমা লৈবাক্কী নিঙথিবা মতৌ কয়া থাগৎপা অসিনি। ঈশৈ অসিদা হায়রি "অপুনবা অমসুং পাঙ্গল লৈবা ভারত ওইহনসি। নোংপোক-নোংচুপ, খা-মাং

N. B. থৌরম অসিগী অরোইবদা জাতিগী ঈশৈ শকনি অদুগা মসিদা শকলিবা জাতিগী ঈশৈ অসি মপুংফাবা জাতিগী ঈশৈ ( Full Version ) নি।

খায়দোক্কদবা খেন্নগদবা রাখল লৈহনগন্নুসি। ভারত মচা খুদিংমক অমত্তনি অমস্তুং ধর্ম্মদা, চংনবীদা খেন্নবা কয়া লৈরবস্তু ঐখোয় ভারত মচাশিংগী অপূনবসি খক মাঙহনবা ঙমলোই"।

"বিন্ধ্য, হিমালয় চীংশা", গঙ্গা যমুনা তুরেল মখোয় অসিগী নিঙথিরবা লমদমনি। পঞ্জাব, গুজরাট, মহারাষ্ট্র, দ্রাবিড় দেশ, উরিষ্যা (উৎকল) বাঙ্গলা লৈবাক অসিনচিংবা ষ্টেট পুন্নমক্তা খুংশন্নবা ইমা লৈবাকপু থাগৎপা অমস্তুং শোঙ্জবদা য়াওনবা" ঈশৈ অসিনা হায়রি।

## জাতিগী ঈশৈ

জন-গন মন অধিনায়ক জয়হে
ভারত ভাগ্য বিধাতা।
পঞ্জাব সিন্ধু গুজরাট-মরাঠা
দ্রাবিড় উৎকল-বঙ্গ,
বিন্ধ্য হিমাচল-যমুনা গঙ্গা,
উচ্ছল-জলধি তরঙ্গ,
তব শুভ নামে জাগে
তব শুভ আশীস মাগে,
গাহে তব জয় গাথা।
জন-গন-মঙ্গল দায়ক জয় হে
ভারত-ভাগ্য-বিধাতা,
জয়হে, জয়হে, জয়হে
জয় জয় জয় জয়হে।

ঈশৈ অসি Closing Song ওইনস্থ থৌরম অমগী অরোই বদা শক্লে। জাতিগী ঈশৈ অসি স্কুলগী ক্লাসকী মমাঙদস্থ শকে। Clossing Song ওইনা শক্লবদা ঈশৈ অসি হেক লোইবগা "ভারত মাতাগী জয়" হায়বা খোল্লাউ অসি অহুন্নক লাউগনি অমস্থং থৌরম অদু লোইশিনগনি।

অসিগুম্বা অস্থকী মতিক ফজপ্রবা অমস্থং পুরি· তৃন্নবগী মশক ওইরবা জাতিগী ঈশৈ অসি পাক্লিবা স্কুলগী ছাত্র অমস্থং ছাত্রি নাহারোল খিবীক্লা খঙদবা য়াড্রবা শিন্থা অমনি। Ministry of Education, Government of India না Physical Education গী লাইরিক কয়া কয়াদা জাতিগী ফিরাল অমস্থং ঈশৈ অসিগী কান্নবা অমস্থং মস্থংগী অর্থনচিংবা অসি ছাত্রশিংদা খঙননবা স্কুলগী থবক প্রোগ্রামদা য়াওহন্নবা লাইরিক তস্কমশিংদা হায়রি। স্কুলগী রুতিন অমগী শরুক ওইনা জাতিগী ফিরাল হাইগৎপা অমস্থং জাতিগী ঈশৈ শকপগী পাঙথোকপস্থ মন্ত্রিসিগী পাউতাক্লি।

---

## লৈবাক নিঙবা ঈশৈ

সারে জহা সে অচ্ছা হিন্দোস্তাঁ হমারা।
হম বুল বুলেঁ হৈঁ ইসকী য়হ গুলসিতাঁ হমারা॥
পর্বত বো সবসে উঁচা, হমসায়া আসমাঁকা।
বো সন্তরী হমারা, বো পাসবাঁ হমারা॥
সারে জহাঁ .... .. ... ॥ ১ ॥
এ আব রূদে গঙ্গা, বহ দিন হৈ য়াদ তুঝকো।
উতরা তেরে কিনারে, জব কারবাঁ হমারা।
সারে জহা .... ... ... ॥ ২ ॥
গোদী মেঁ খেলতী হৈ, জিসকে হজারোঁ নদিয়াঁ।
রোশন হৈ জিনকে দম সে, রশকে জিনা হমারা।
সারে জগা .... .... .. ॥ ৩ ॥
কুছ বাত হৈ কি হস্তী মিটতী নহীঁ হমারী।
সদিয়োঁ রহা দুশ্মন, দৌরে জমা হমারা।
সারে জহাঁ .... .... .... ॥ ৪ ॥
মজহব নহীঁ সিখাতা, আপস মেঁ বৈর রখনা।
হিন্দী হৈঁ, হম, বতন হৈ, হিন্দোস্তাঁ হমারা॥
সারে জহাঁ .... .... .... ॥ ৫ ॥
( মুঃ ইকবাল )

---

N. B. N F. C. Orientation Centre গী চেকোলশিং ৩ শুবা পেরাগী ২ শুবা পরেংগী রোশন-সি "লশন" হায়না ইরি। অদুগা N. F. C. Hand Book For Middle, High & Higher Sec School গী চেকোলগী লামায় ২৮২ গী ঊৈবগী পরেং ২০ শুবদি Roshan হায়না ইরি।

## লৈবাক নিঙবা ঈশৈ

সনা লৈবাক মণিপুর
কোলোয় নংগী মণিপুর
লায়জন্নুংগী মণি নারক্কী লৈরাং
পীক্তুক্লা মঙাল চাউবীনি।

নিপা—ঈন্নুবুংদগী হৌরকপী
চীংলোম্না পল্লোল খারিবী
শংলেন ফিজোন শেৎপী
চানবী হৈবী, চীক্লা লেম্না ঙাশ্লোইরিবী।

নুপী—খৈনা য়াক্নোক মওংনি
শুক্লৎয়াই ওইবী শক্তম্নি
কোরৌগী অহানবা খোঙদাকম ওইরিবী
নচা নাউয়োক-নাউকোন হৈবী
খোইরুম মোমোন মীনোক লৈতেংবী।

নিপা—সনানা ঈথক হোৱা লম
নুপানা কোঙ্গোল থিনবা লম

নুপী - শংবান অতিয়ানা
ফিজোন ওইবী
মণিগুম মঙাল নাইবীনি। ( জয়ন্তকুমার শর্ম্মা )

---

ঈশৈ অসি শোক ১৯৭২ জানুয়ারী তাং ২১ দা কোহুং লম্পাক্তা ভারতকী প্রধান মন্ত্রিনা চৈটে ইনোগুরেট তৌবগী উৎসবতা Education Directorate না শীল লাওদুনা স্কুলগী ছাত্র ছাত্রী ৪০০ রোম্না ঈশৈসি শক্তনা শরুক য়াখি।

অনিশুবা তান্নক

## মাইনর গেমস-

## ( Minor Games )

গেমস্‌না হকচাংগী লু তো (Muscles) অসি লেঙ-খোৎপগী থবক্তা য়াম্না কান্নবা ওইহল্লি। চেন-চোংবা, তান্ন-খোৎনবা, লং-খোৎপা অসিনচিংবা অসি Games ( শান্নবা ) অসিগী উদ্দেশ্যনি। ম'সিনা হকচাং ফজনবদা নত্রনা পুক্লিং চঙহল্লি অমসুং নুংঙাইহল্লি। লৌশিং, গুণ, হায়ব -ইনবা, অপুনবা বাখল, লুচিংবা অসিনচিংবা পুন্নমক অসি Games ত্তগী ফংবা ঙম্মি। অঙাংশিংবু চাওখৎ লম্বীদা লমজিংবা মতমদা Games অসিনা য়াম্না কান্নবা শরুক অমা লৌরি। Games অসি মরুওইনা Major Games, Relays অমসুং Lead up নত্রগা Minor Games হায়না অহুম থোক্না খায়দোকই।

Minor Games অসিগীদমক অচম্বা নিয়ম অমসুং অপীকপা জাগা খরতদা লায়না পাঙথোকপা য়াই। মথকী কান্নবা খুদিংমক Minor Games ত্তগী ফংই। মসিদা য়াম্না চম্বা মওংদা নুংঙাইবা অমদি পোত্থাবা অসি অঙাংশিংনা ফংবা ঙম্মি অদুনা মখোয়না হায়রিবা Games অসিদা য়াম্না মপুক্লিং চঙই। অদুনা স্কুলগী অহাঙবা মতমদা Minor Games অসি শান্নহন্দুনা অঙাং পুন্নমক অচুম্বা অমদি নুংঙাইবা মতম শিজিন্নহন্দুনা কান্নবা ফংহনগদবনি। অসুম তৌবসিনা অঙাংশিংনা স্কুলদা চাং নাইনা কানিঙবগী বাখল অমা পোকহনগনি খাজনৈ।

অঙাংশিংগীদমক মুংচাইংদবা অমদি লায়না থোক্কদবা Minor Games খরা মথাদা পীরি। মখোয়সি নকবা অইক খরস চুম্বিরিবা ওঝাশিংনা শেমদুনা শান্নহনবস্তু যাই।

## ১। Bogey Ball

শান্নবুং অমা লৈগনি। শান্নবুং অসিগী অরোইবা শরুক চুদুদা অঙাংশিং অদু পরেং শানা লেপহনগনি অদুগা ওঝা অদুনা বোল (Ball, football or Volley ball) পায়দুনা মখোয়গী মরক্তা লেপকনি।

ওবা অদুনা বোল অদু লৈমায়দা চুম্বিবমখৈ য়াঙনা ওলহনখিগনি অদুগা ওল্লিবা বোল অদুগী মমাঙ থানা অঙাংশিংদু চেলহনগনি। বোল অদু লেপ্লকপা মফম অদুদগী অমুক মথক্তা ওলহনবা অস্তম্না হন্না হন্না ওঝাদুনা তৌগনি।

## ২। Big A Little A

শান্নবুং (Play-ground) অদুগী অরোইবা নাকল অমদা অঙাং কাঙলুপ অমা চনবা মওংদা লেপ্তুনা লৈগনি। অতোপ্পা নাকল অদুদা "Cat" হায়না মিংথোনবা অঙাং অমা কাঙলুপ অসিদা মনঙ্গল ওনশিন্দুনা লেপ্তুনা লৈগনি। কাঙলুপ অসিনা Cat অসিগী মনাক ফাওবা (মী অমনা Cat অদু শোকপা ফংবা অদুফাওবা) মথাগী ঈশৈ অসি শক্ল শক্লদুনা চঙশিনগনি।

ঈশৈ:— "Big A Little A,
Bouching B,
Cat is in the Cupboard, Can't see me"।

"Big A"—লেপ্পা লৈরগা খূৎ অসিনা ওম্মিবমথৈ লাপ্পা লাপ্পা শন্দোকপা।

"Little A"—নোম্থরগা শন্দোকখিবা খূৎ অনী অদু নকশিল্লকপা ( খুবাক অনী শম্নগদোবা মথৈ )।

"Bouching B"- হৌগৎলগা খূৎ অনী অদু নাকন্দা ভিং-থোক্লগা খূংশিং নোম্না-নোম্ন, চোংবা ( Skip-jump )।

"Cat is in the Cupboard, Can't see me"—খূদোম্নীনা মাঙদা হাইর-হাইরদুনা অমদি খোঙদোম্না তপ্না তপ্না মাঙদা চঙশিনবা। অসুম্না হঞ্জিন হঞ্জিন্না শক্কনি।

"Cat" অদুনা মমায় এল্লগ ময়াম ( কাঙলুপ ) অদু তান্নদুনা হেক ওম্নমথৈ মখোয়গী লেপফম নাকলদু য়ৌথ্রিডৈদা শোক্লবা হোৎনগনি অমসুং কাঙলুপ অদুনসু "Cat" অসিনা মখোয়গী লেপফমদু য়ৌথ্রিবকাওবা শোকহল্লোইদবনি।

"Cat" না শোক্লবা খুদিংমক "Cat" অদুগী অপাম্বা মতুংইন্না দণ্ডি পীগনি। অশোকপা মখোয়সু Cat কী ব্রা ইনগনি।

## ৩। Bogey

অঙাং অমনা Bogey ওইনা হিপথদুনা নক্রগা কমথদুনা শান্নবুং অদুগী কাচিন অমদা লৈগনি। অতোপ্পা কাচিন্দুদা অঙাং কাঙলুপ ( Children's home ) অদু লৈগনি। মথাগী ঈশৈ অসি শক্ক শক্কদুনা কাঙলুপ অসিনা Bogey না লেপ্লিবা মফমদু তম্না চোং-চোংদুনা ( Skip-jump ) চঙশিল্লকনি।

ঈশৈ :— "Moon light Ah ! Star light Ah !
Bogey would not come out to-night."

"Moon light Ah ! Star light Ah" :- নাকন্দা খুৎ অনী ভিংথোক্লুনা খুৎ অদু থপ্পা থপ্পা চোং চোংদুনা ( Skip-jump ) মাঙলোমদা তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লকনি।

"Bogey would not com out to-night" : খুৎ নাম্মা মাঙলোমদা থিন্দোক্লুনা খুদোনবী হাইর হাইরদুনা মাঙলোমদা তপ্পা তপ্পা চোংদনা চঙ্গনি।

Bogey অদুনা "Shoo" হায়না লাউরকপদা ময়ামদু Children's home তাম্না চেনখিগনি, মফমদু য়ৌত্রিবৈঙদা Bogey না ইহান কাম্না শোকপা অদুনা অমুক Bogey ওনবা ( শাবা )। শোকপা ঙমহৌত্রগা হায়গী Bogey অদুনা অদুম Bogey ওইরৌগনি।

## 8। Farmer and Rabbits

"Rabbits" শারিবা অঙাংশিং অদু শায়বুং অদুগী মমুংদা কোয়না-কোয়না চেন্দুনা লৈগনি। ওবা অদুনা "Farmer" অমা ওইনা "Dogs" শাবা অঙাং থরা ( অহুম নত্রগা মরিয়োম ) গা লোয়ননা অস্নুম অস্নুম চঙলকনি। "Farmer' অসিনা "Dogs" শিং অদুদা "Rabbits" শিংবু তাননবা হুকুম পীগনি অমস্রুং হুকুমদু হেক তাবদা Rabbits পুন্নমক অমুক্তং চোংথৎলয়গা শায়কমদগী কাচিন ( হায়া লেপ্পগ্রবা ) মফমদু তাম্না চেনখিগনি।

মকমদু য়ৌত্রিবৈদা "Dogs" শিংনা শোকখিবা "Rabbits" খুদিংমক "Dogs" ওইদুনা "Dogs" কী কাঙলুপ্তা য়াওগদবনি।

## ৫। Odd Man

শান্নবুং অদুগী ময়ায়দা "Centre Line" অমা চিংগনি অদুগা Line অদুগী ব্রাংমা ব্রাংমদা অঙাং অনী অনীনা খুৎ শন্নদুনা জুরা ওইনা লেপকনি। ফরক তাবা অঙাং অমনা নত্রগা অঙাং ফংত্রগা ওঝানা 'Odd Man" ওইগনি।

ওঝানা, ছাত্র নত্রগা Odd Man য়াওনা অহানবা তৌগদবা নিয়ম তাকপদা অঙাং খুদিংমক মাগী মাগী জুরা অদু থাদোক্লগা শান্নবুং অদুগী অকোয়বদা "অমুক চেনবা অমুক চোংবা" অস্রুম তৌদুনা লৈগনি। অনীরকশুবা খুদমদা মখোয় ময়াম অদুনা অমুক "Centre Line" দা চেনশিল্লক্লুনা হান্নগী অদুম্না জুরা অফংবা অমমমগা লোয়ননা জুরা তানবা শেমগনি। জুরা শেম্বদা ঙমখোদবা অঙাং অদুনা অমুক Odd Man ওইবদা মহাক অদু অহানবা "Black Mark" ফংলে, অসিগুম্বা "Black Mark" অহুমলক ফংবা অঙাং অদু মপান্দা তাম্খোক্লুনা শান্নবা য়াওবা য়াররোই।

## ৬। Touch and Run

অঙাংশিং কাঙলুপ (Team) অনী খায়দোকউ, অমনা কাঙলুপ "A" অদুগা অতোপ্পা অমনা ' B" হায়না খঙনরো। লৈই অমমমদা কাঙলুপ খুদিং পরেং শানা মায় ওনশিন্নদুনা লেপহল্লু অদুগা অমগী লৈইগা অতোপ্পা অমগী লৈইগা অনিদু ফুট ৬০ (18·19 m.) লাপ্নহল্লু।

অহানবা খুদমদা, "A' কাঙলুপকী য়েংলোম থংবা অঙাং অদুনা মখুৎ তিংথোক্লিবা ( খুদম হেক উবদা "B" কাঙলুপনা ামা নামা তিংথোকনি ) "B" কাঙলুপকী অঙাং অমা হেক্তা মখূত্তা শোক্লম্লগা মাগী হান্নগী জাগাদা চেল্লকনি। শোক্লম্লবা "B" কাঙলুপকী অঙাং অদুনসু মফম য়োদ্রিদৈঙদা চেনখ্রিবা অঙাং অদু শোক্লবা লাক্লগনি অমসুং শোক্লমলিবা "A" কাঙলুপকী অঙাং অদুসু শোকহন্দনবা হোৎনগনি।

তান্নরিবা অঙাং অদুনা মফমদু য়োদ্রিদৈঙদা চেল্লিবা অঙা দু শোকপা ঙমলবদি অচেনবা অঙাং অদু অতানবা অঙাং অদুগী "বণ্ডি" অমা ওইনা মতুংদা থমগনি অদুগা তান্নরিবা অঙাং অদুনা শোকপা ঙমদ্রগা মহাক অদু শোক্লম্লগা চেল্লিবা অঙাং অদুগী "বণ্ডি" ওইগনি।

মথংগী খুদমদা অমুক "B" কাঙলুপকী য়েৎথংবা অঙাং অদুনা "A" কাঙলুপ্না তৌবা অদুম্না তৌগনি। মথং মথং "A" অমসুং "B" কাঙলুপকী অঙাংশিংনা পালি নাইনা চঙহনগনি। অঙাং খুদিংমক চঙদ্রিবথৈ শান্নবদু চত্থগনি। অরোইবদা থ্বাইদগী হেন্না "বণ্ডি" ফংবা কাঙলুপ অদুনা অথোইবা কাঙলুপ ওইগদবনি। বণ্ডি খুদিংমক হন্দোক্লদুনা অমুক শান্নবা হৌবসু নাক অনীনা য়ান্নরবদি য়াই।

## ৭। Keep the Ball up

কাঙলুপ মরি নত্রগা মঙা থোক্লা অঙাংশিং অদু খায়দোকউ অদুগা কাঙলুপ খুদিংদা Volleyball নত্রগা Football অমমম পীয়ু। পাউতাক হেক ফংবদা কাঙলুপ কাঙলুপকী লুচিংবা খুদিংমক

## ৯। Get your Partner

মনুংদা অমসুং মপান্দা অতুন্না লৈই অকোয়বা ( circles ) অনী য়েকউ। মাগী মাগী মপা অমমমগা জুরা ওইনা অমনা মনুংগী লৈইদা অৎগা অতোপ্পা অতুনা মপানগী লৈইদা লেপ্পু। জুরা অতুগী অঙাং অমনা ওইদা অমগা অমনা য়েংতা মায় ওল্লু। শন্না হায়রবদা, মনুংগী লৈইদা লৈবা অঙাং খুদিংনা ওইরোমদা ওল্লবদি, মখোয়গী মপানগী লৈইগী মপা খুদিংনা য়েৎলোমদা ওল্লু।

ওঝা অতুগী অহানবা খুদমদা ( Signal ) অঙাং খুদিংমক মাগী মাগী লৈই অতুদা অমদি ওল্লিবা মায়ওন অতুদা চেনবা, চৎপা, নত্রগা চোং-চোংতুনা ( skip-jump ) চৎলু। অসুম তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা মাগী মাগী লাম্বা ( মপা ) দু মশক খঙজিনগদবনি। ওঝা অতনা "Partners" হায়না লাউরকপা মতমদা মাগী মাগী মপা থিদনা জুরা শেমদনা ফমথনবা হোৎনৌ। ইকোন হেক কোন্না ফমথবা জুর অদদি black mark অমা ফংলে। অসিগুম্বা black mark অহুমক ফংলবা জুরা অদ শান্নবা অদদগী তোক্লগদবনি।

## ১০। Magic Wand

অঙাং অমা হেলোই ওইবা অদগা অতৈ অঙাং কাঙলুপ অমনা হেলোই অদগী মমাঙদা শেম-শাদবা মওংদা ( Loose form দা ) লেপ্পু। অকক্লবা পম্বুংফম অমা ককউ ( থম্মু )।

হেলোই অদগী Magic Wand ( যাদগী চৈ ) অদ মায়কৈ খুদিংদা হাইরম্নগা হেলোই অদনা তৌনীংবা মওংদা লেঙবা

( চোংবা, কুনবা, চেনবা, হাইবা অসিনচিংবা )। হেলোই অদুনা লেঙবা মওং খুদিংমক ময়ামস্থ মতুংইন্না তৌ। হেলোই অদুনা মাগী Magic wand অদু হেক থাধবদা ময়ামস্থ পন্থুংফমদু তাম্না চেল্লু। পন্থুংফমদু য়ৌত্রিবৈদা অফংবা অমা হেক শোক্লবা হেলোই-দুনা হোৎনগনি। শোকপা ঙমদ্রগা মানা অদুম হেলোই শাদুনা লৈগনি। শোকপা ঙম্লগা অশোকপা অঙাং অদুনা মাগী মহুত্তা হেলোই ওইহৌগনি। অস্তম্না শান্নবসি মখা চত্থগনি।

## ১১। Free and Caught

অকক্লবা শান্নবুং অঙাং খরা "It" ওইনা তান্ননবা ওইনা লৈরো অদুগা অতৈ অঙাং ময়াম্না (free) শান্নবুং অদুগী মন্নুংদা চাইথোক্লা লেপ্পু। It খুদিংনা অতৈ অঙাং ময়ামদু শোক্লবা তান্নৌ অদুগা It অমনা হেক শোকপা অঙাংদু কুম্থদুনা লৈয়ু। অংতাপ্লা Free ওইবা অঙাং অমনা হেক শোকপদা কুল্লিবা অঙাংদু free ওইদুনা অমুক ময়াম মরক্তা পুন্না শান্নবা য়াই। Free ওইবা অঙাং অমনা হেক শোক্লিবমখৈ অদুম কুন্দুনা লৈয়ু। শান্নবা অসিগী উদ্দেশ্যদি free ওইবা অঙাংশিংবু 'It' অদুনা য়ারিবমখৈ শোক্লুনা কমথননবা হোৎনৌ। অদুগা Free ওইবা শান্নরোম্নশিংদি শোক্তনবা হোৎনগদবনি।

## ১২। Three Deep

অঙাং অমনা runner ( অচেনবা ) অদুগা অতোপ্পা অমনা Chaser ( অতানবা ) ওইনা লৈয়ু। অতৈ অঙাংশিংনা জুরা জুরা ওইনা অমগী তুংদা অমনা লেপ্পু ( circle অমদা ) চেল্লিবা অঙাং অদু শোক্তনবা চেল্লু, করিগুম্বা তান্নরিবা অদুনা শোক্লবদি

তান্নরিবা অদুনা Runner অদ্গা চেল্লিবা অদুনা chaser ওইরগদবনি।

Runner অদুনা ডন্মিবমখৈ ময়ামগী মরক্তা খঙদে, খরা লাপ্না খঙদে চেল্লু। চেনবা লেপনীংবা মতমদা জূরা ওইনা লেপ্লিবা অমগী মাঙদা লেপ্লুরো। অসুম্না লেপ্লবদি, অহুমশুবা খ্বাইগী তুংদা লেপ্লা অদু Runner ওইরে, chaser অদুনা অহানবা Runner ওইরম্বা অঙাং অদু তান্নররোই, অ:কানবগী Runner অদুবু তান্নরগনি।

## ১৩। Come with me

অঙাং অমা Runner ( অচেনবা ) ওইবা, অতৈ অঙাংশিংনা মশা মশাগী অকোয়বা লৈই ( circle ) অমমমদা কোয়না লেপ্লু।

অচেনবা অঙাং অদুনা লেপ্লিবা অঙাং খুদিংগী মতুংদা চেল্লু। মহাক্না মতুং ইলহন্নীংবা অঙাং খরা "Come with me" হায়দুনা শোকউ। Runner না শোকপা অঙাং খুদিং মাগী মতুংদা চেনখিবা য়াই।

মতুং ইন্দুনা চেল্লিবা অঙাংশিং অদুদা Runner অদুনা "Go home" হায়না য়াথং পীবা, য়াথং পীবগা লোয়নননা Runner অদুস্ত অকোয়বা লৈই অমদা লেপহৌগদবনি। য়াথং হেক তাবদা Runner গী মতুংদা চেল্লম্বা অঙাং খুদিংনা লৈই অকোয়বা অমমমদা লেপ্লবা হোৎনহৌ। করিগুম্বদস্ অনকপা লেপফম লৈরে হায়দুনা তুং-হম্না চেল্লোইদবনি। লেপফমগীদমক লৈই অকোয়বা ( circle ) ফংহৌদবা অদু ময়াম্না পাম্বা দণ্ড পীবা তাই অমসুং মথংদা মহাক অমুক Runner ওইবা য়াই।

### ১৪। Pagalwala

অঙাং ময়ামগী মরক্তা অথোৎপা বোল ( Volley ball or Football ) অমা ওবা অদুনা মথক্তা লংখৎলু। লংখৎলিবা বোল অদু অঙাং অমনা হেক্তা পায়রগা অঙাং অপোম্বা অমদা পান্নবা থাবা। অমনস্থ অমুক হেক্তা পায়খৎলগা অমদা হেক্তা অমুক থাবা। থাবা মতমদা কনাগুম্বা অঙাং অমত্তা পানবা ঙম-ম্রবদি বোল লংলিবা অঙাং অদু ময়াম্না পাম্বা দগি অমা পীগদবনি।

### ১৫। Dodge Ball

অকোয়বা লৈই ( circle ) অমা চিংউ। লৈই অসিগী পাক-চাউবদি অঙাং মশীংনা লেপ্পা য়াই। অঙাং মশীং চপ মান্নবা কাংলুপ অনি খায়য়ু, কাংলুপ অমনা লৈই অসিগী মনুংদা চাইনা অদুগা অতোপ্পা কাংলুপ্‌না লৈইগী অকোয়বদা মপান্দা লেপ্পু।

অকক্লবা মতম অমদা মপানগী অঙাংশিং অসিনা মনুংগী অঙাংশিংদা বোল অমনা থাউ. বোলনা পানবা অঙাং খুদিং মপান্দা থোক্লক্কুনা শাম্নবা য়াওরোইদোবনি।

মনুংগী অঙাংশিং অতম্ব পাকথদুনা নক্লগা লৈথোক্কুনা নক্লগা চোংখত্তুনা বোল অদুনা পান্দনবা হোৎনগদবনি।

মতম লোইরগা কাংলুপ অনিগী লৈফম ওন্নবা, মপানগীনা মনুংদা, মনুংগীনা অমুক মপান্দা লৈদুনা বোলনা মনুংগী অঙাং-শিংদা থাবা। অকক্লবা মতমদা করম্বা কাংলুপ্না হেন্না বোলনা

মী থাবগে য়েংগদবনি। খরা হেন্না থাবা কাঙলুপ অহুনা অথোইবা কাঙলুপ ওইগদবনি।

## ১৬। Sea Ship Shore

শান্নরোয়, অঙাংশিং অসিগী মশীং মতুংইন্না শান্নবা য়াই। ফুট ৫, ৭ অমসুং ৯ গী Radius লৌরগা অকোয়বা লৈই অহুম য়েক্কনি। অহানবা মন্নুং ইথং থংবা অকোয়বা লৈই অসিনা 'sea' অনিশুবা অকোয়বা লৈইনা 'ship' অমসুং মপাল ইথং থংবা অহুমশুবা অকোয়বা লৈইনা 'shore' অসুন্না ওইগনি। শান্নবা হৌবগী মতমদা শান্নরোয়শিং অসি অকোয়বা লৈই অমগী (অকোয়বা লৈই অহুমগী অমদা) মন্নুংদা লেপকনি। ওঝানা নত্রগা অঙাং লুচিংবা অমনা 'Sea, ship নত্রগা shore' হায়না মানা হায়নিঙবা মওংদা হায়গনি অমসুং মাগী (ওঝা নত্রগা অঙাং লুচিংবগী) য়াথং মতুংইন্না শান্নরোয়শিংনা পাঙথোক্কনি। ঌ.।ঽগুম্বা মাগী য়াথং অদু হিক্তোক্লবা অঙাং খুদিংমক 'out' ওইগনি। অসুন্না শান্নবদা লেমহৌবা অঙাং অসিনা winner ওইগনি।

## ১৭। Potato Race

অঙাংশিং অদু মখোয়গী মশীংগী মতুং ইন্না team কয়ামকম থোক্লা খায়দোক্কনি। Team খুদিংমক পরেং পরেং নাইনা থোঙ-শানগদৌরিবা পঙক্তি (starting line) অসিগী মনিঙদা লেপ-কনি। অহৌবা অমসুং পম্থুংফমগী পঙক্তি অনি অসিগী ময়ায়দা,

Team মশীংগা চপ মান্নবা অকোয়বা লৈই অমমম য়েক্কনি। অসিগুম্বা অকোয়বা লৈই অসিগী মনুংদা আলু অমমম থমগনি। "Go" গী য়াথং ফংলবদা Team খুদিংমক্কী মমাঙদা লেপ্লিবা অঙাং খুদিংমক্কা অকোয়বা লৈই অদুগী মনুংদা লৈরিবা আলু অদু খুনগৎলগা (Finishing line পম্থুংফম পঙক্তি অদুদা থমলগা মাগী অনিশুবা মী অদুদা শোক্কনি। অসুম্না অনিশুবা player অদুনা পম্থুংফমগী পঙক্তি অদুদগী আলু অদু খুনগৎ-লগা অকোয়বা লৈই অদুগী মনুংদা অমুক থমগনি। অসুম্না শান্নবা অসি মখা চথগনি অমসুং ইহান হান্না লোইবা Team অদুনা শান্নবদুগী অথোইবা হায়বদু ওইরে। (Relay).

## ১৮। Back to back lift

অসিগুম্বা মখলগী মশাননা অসিদা X অমসুং Y মখোয় অনিমক মনঙ্গল ওম্থোক্লবগা লোয়ননা মখোয় মখোয়গী খুৎকী খুনিঙশিং অসি কন্না লৌশিন্নগনি।

লেপ্পগী ফিবম :— মখোয়-মখোয়গী অৱাংবগী মতুং ইন্না খুদোংচাবা মওংদা লেপকনি। "Go" গী য়াথং ফংবা মতমদা অমনা অমবু মাগী-মাগী মনঙ্গলদা থাঙ্গৎননবা হোৎনগনি। অসিগুম্বা মওংদা থাঙ্গৎপা ঙম্বা অদুনা থোইবা শক্কনি।

## ১৯। Back to back push

শান্নগদৌরিবা অঙাংশিং অসি মনঙ্গল ওম্থোক্নহনগনি অমসুং খুৎকী খুনিঙশিং অসি কন্না লৌশিন্নগনি। অসুম্না লৌশিন্নরিবা অঙাংশিং অসিগী ময়ায়দা অশাংবা লৈই অমা লৈগনি অমসুং মসিগা

লোয়ননা মখোয় মখোয়গী মমাঙদা ফুট ১০/১০ লাপ্পনা পঙক্তি অমমম লৈগনি। 'Go' গী য়াথংদা অঙাং খুদিংমক্না অমনা অমবু থাঙ্গৎনবা হৌদনা চুম্না মনঙম্না মতুংলোমদা ইম্নগনি। অসুম্না ইম্নবদা মমাঙ-মমাঙদা চিংলিবা পঙক্তিশিং অদুদা ইম্হোকপা ঙম্বা ছাত্র অদুনা অথোইবা ওইগনি।

## ২০। Lame duck fight

মায়োক্নবা মী অনী ফুট ৩ দগী ৫ ফাওবগী Radius না শেম্বা অকোয়বা লৈই অমগী মনুংদা লৈগনি। মখোয় খুদিংমক মখোয়-মখোয়গী ওই থংবা মখোঙ মমাঙলোমদা থাঙ্গৎপগা লোয়ননা মখুৎ অনিনা কন্না ফাজিন্দুনা থমগনি অমসুং য়েৎ থংবা খোঙনা ককচাংগী balance পুদুনা লেপকনি। "Go" গী য়াথংদা মখোয় খুদিংমক অমনা অমবু মকম চাদনবা অমসুং মখোঙদু লৈপাক্তা তানবা অদুগা অকোয়বা লৈই অদুদগী মপান্দা থোক্নবা হোৎনগনি। অসুম্না মনুংদা মকম চানা লৈহৌবা মী অদুনা অথোইবা ওইগনি।

## ২১। Cock Fight

ফুট ১২ না Radius ওইবা অকোয়বা লৈই অমা লৈগনি। অকোয়বা লৈই অসিগী মনুংদা ছাত্রশিংনা মখোঙ নামা নামা থাঙ্গৎকনি অমসুং থাঙ্গৎলিবা নাকল অদুগী খুৎ নামা অসিনা খোঙজেংদা পায়শিনগনি। 'Go গী য়াথং ফংলবদা অমনা অমবু

N B. অসিগুম্বা মথলগী মশাগ্নশিং অসি শাঙথোকপা মতমদা অথঙ অহৈ অমগী মথাদা শাঙথোকনি অমসুং কুপ্পীগুম্বা ওইরবদি মোনপাক্লচিংবা শিজিন্নবা থুদোং চায়।

অকোয়বা লৈই অদুদগী মপান্দা ঈপ্পোক্লবা হোৎনগনি, অমস্তুং কনাগুম্বা অমনা পায়শিল্লিবা মথুং অসি থাদোক্লবা নত্রগা অকোয়বা লৈই অসিগী রাংমদা থোক্লকপা খুদিংমক 'out' ওই-গনি অমস্তুং লেমহৌবা ছাত্র অদুনা winner ওইগনি।

## ২২। Fluck the tail

অকক্লবা লৈই অমগী মনুংদা শান্নগনি। ছাত্র খুদিংমক মখোয়-মখোয়গী মশাগী মনিঙ্গোংগী মফম অমদা অফংবা পোৎ উনা, চে নত্রগা ফিজেৎ ওইরবস্তু নিঙথিনা উবা ঙমবা পোৎ অমনা 'tail' অদু অমম ওইনা হাপকনি। 'Go' গী য়াথং নত্রগা খুদম অমা পীরকপা মতমদা ছাত্র খুদিংমক্না অমনা অমগী মমৈ (tail) অদু লৌথোক্লবা হোৎনগনি অমস্তুং মমৈথংদা মমৈ য়াওদুনা লৈহৌবা ছাত্র অদুনা অথোইবা শক্কনি।

## ২৩। Master of the ring

ফুট ১৫ না Radius ওইবা অকোয়বা লৈই অমগী মনুংদা ছাত্র ১২ দগী ১৫ ফাওবা শান্নবা য়াই। "Go" গী য়াথং ফং-লবদা অকোয়বা লৈই অসিগী মনুংদা লৈবা শান্নরোয় খুদিংমক্না অমনা অমবু অকোয়বা লৈই অসিগী রাংমদা থাংদোক্লবা হোৎনগনি। অগুম্না থাংদোক্লবদা ইরোই লোইনা অকোয়বা

N. B. শান্নবদা শক্লক য়ারিবা ছাত্র খুদিংমক্না কান্নবা মওংদা ফিরোলনচিংবদা অমদি নত্তবা মওংদা শোক্লবা য়াবা উপায় কয়া শিজিন্নবা তৌরোইদবনি। য়ারিবনৈথ শোক্ল-পরদনা শান্নদবা হোৎনগনি।

লৈইগী মনুংদা লেমহৌবা শাম্নরোম্ন অদুবু winner নি হায়না লৌগনি।

## ২৪। Mass Horse and Rider

শাম্নরোম্নশিং অসি জূরা-জূরা শেমগনি। শাম্নরোয় জূরা খুদিংমক মথোয় মথোয়গী "Horse" অমসুং মথংশিংনা "Rider" অমমম শেমগনি। হায়রিবা শাম্নরোয়শিং অসি অকক্নবা অকোয়বা লৈই অমগী মনুংদা লৈগনি। য়াথং ফংলবদা rider খুদিংমক্না অমগা অমগা, ভোংলিবা শগোল অদুগী মথক্তগী ইন্থনবা হোৎনগনি। করিগুম্বা শগোলদগী তাখিড়না লৈবাক শোকলুরবা, অকোয়বা লৈইগী মপান্দা লাম্থোক্লুরবা জূরা খুদিংমক out ওইগনি। অসুম্না অরোইবদা লেমহৌবা জূরা অদুনা থোইবা শক্নি। ঐখোয়না' নীংশিংগদবদি "horse" অমনা কৈদৌঙৈদসু অতোপ্পা "horse" অমদা ইনবা তৌরোইদবনি।

## ২৫। Prison Break

'Prisoners' অমসুং 'Guards' হায়বা team অনী খায়দোক্নি। Prisoners অমসুং Guards শিং অসি ফুট ২০ অমসুং ৩০ না Radius ওইবা অকোয়বা লৈই অনিগী মনুংদা লৈগনি। বন্দিশিংনা মনুংগী অকোয়বা লৈইদা অমসুং মথংশিংনা Guard শিংনা মপালগী অকোয়বা লৈইদা লৈগনি। 'Go' গী য়াথং ফংলবদা বন্দিশিংনা মনুংগী অকোয়বা লৈইদগী মপালগী লৈইদা লাম্থোক্নবা হোৎনগনি অমসুং মপালগী Guard শিংনা

থিংনবা হোৎনগনি। করিগুম্বা Guard অমনা মাগী মখোঙ অনিমক মনুংগী লৈই অদু লানশিল্লরবদি Guard অদু বন্দী ওইনা মনুংদা লৈগনি অমসুং বন্দী অদু মপান্দা থোক্লক্লে হায়না লৌগনি। অসুম্না মিনিট ২ নত্রগা ৩ গী অরেপ্পা মতম অমদা শাম্নরবা মতুংদা বন্দী ওইরম্বা team অদুনা Guard অমুক ওইগনি অমসুং Guard ওইরম্বা team অসিনা বন্দী অমুক ওইগনি। অসুম্না শাম্নবা অসিদা মপালগী লৈই লাম্থোকখিবা মশীং অম্নাম্বা অদুনা অথোইবা ওইগনি।

---

N. B. মথক্তা পীরিবা Sl. No ১৮ দগীনা ২৫ ফাওবদা হায়রিবা মশামশিং অসি body building গী মীওইশিংনা শিজিনৈ। মথোমশিং অসি 'Combative' হায়না খঙনৈ ভোইগুবমনুং স্কুলগী অঙাংশিংনমু অচবা মওংদা শিজিন্নবদি য়াই।

## অহুমশুবা তাঙ্কক

# ড্রিল অমসুং মার্চিং

## ( Drill and Marching )

চাওখৎলবা বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা ঐখোয় অমদি ছাত্র ছাত্রি খুদিংমক্না হকচাং নাদ-য়েক্তনা অমসুং মশা-মউ ফনা লৈবা হায়বা অসি ঐখোয়গী অমত্তা ওায়রবা উদ্দেশ্য অমনি। ঐখোয়না হংবা য়াই, করিগীদমক লাইরিক তম্ফম শঙ কয়াদা অমদি ৎখ্বাশিংগী মফমদা হকচাং শাজেলগী ট্রেনিং পীরিবনো, অদুগা থায়না মমাং-ঙৈগী মতমদনা অসিগুম্বা ট্রেনিংশিং অসি শিজিন্নরমদ্রিবনো? মসি য়াম্না অঙকপা ৱাফম অমা নত্তে। অচম্বা মওংদা হায়রবদা মমাংঙৈগী মতমদা মীগী শক্তি অসি শিজিন্নরমই ভৌতিক-গুম্বসুং হৌজিককী মতমদদি মী খুদিংমক্না বিজ্ঞানগী মতেংনা মঙ্গল শিনপ্রে। মসিনা মীওইবগী কায়াৎশিং অসি লেঙ-খোৎপগী থবকশিং অসি ৱাৎলকপা মরম্না হকচাংগী কায়াৎশিং অসিদা মাগী মাগী শক্তি ৱাৎলকই অমসুং মপাঙ্গল শোঙ্গরকই। অদুগা ফিবম কয়াদগী হকচাংগী লায়না কয়া পোকহল্লি। অসিগুম্বা, হকচাংগী লায়না কয়াদগী কন্নবা মুলদা, মথল মথলগী হকচাংগী শাজেল কয়া অঙাংশিংদা তম্বী। মুম্না কুপ্না য়েংশিল্লুরবদি অসিগুম্বা হকচাংগী শাজেলশিং অসি বিষয় অয়াম্বদগী হেম্না মগুণ লৈনা উই। ঐখোয়না খঙই "Health is wealth" হকচাং ফবা হায়বসি ললনি, হকচাংনা ফত্রবদা মীওইবগী পুন্সিদা করিসু মুংঙাইকম

লৈতে। অসিগুম্বা ল'য়না অমদি অতনবা কয়াদগী কোক্লনবা স্কুলগী অঙাংশিংদা হকচাংগী শাজেল অতোপ্পা মথল মথলগী Physical Training, Drill & Marching, Games অমসুং Sports, জগোই ঈশৈ অসিনচিংবা কয়া কয়া স্কুলগী Co-curricular গী মরু ওইবা আইটেম্নি।

শীক্লিবা অঙাংশিংগী মপা মউ ফনবগীদমক শীনবিরক্লিবশিংগী মফমদা ঐখোয়না থাগৎফম থোকই। অমুকস্তু ঐখোয়না নীংশিংবা য়াই মতুদি Drill & Marching অসি Army অমসুং পুলিসকী মীওইশিংদনা শীজিনৈ, হায়না খনবদুগী ওয়-থৈনরে। হৌজিক্তি মসি স্কুলগী Programme দা মরু ওইবা বিষয় অমা ওইরক্লে। মসিনা স্কুলগী ছাত্রশিংগী মফমদা লমচৎ ব্যবহার নাইবা, মপানা মপাবু থাজবা, ওবাগা ছাত্রশিংগা মরী লৈননবগী খোঙথাংদা মতেং পাংই অদুগা জাতিদুগী নিঙথিরবা সমাজ অমা শেমগৎপদা Drill অমসুং Marching না অহানবা খোঙজঙগী কায়বা পী।

মসিদা নত্তনা ঐখোয় মীওইবনা ইশাগী য়াথলগা হকচাংগা অনি অসিবু মরী লৈনহন্নবগী মরু ওইবা থৌরমনি অদুগা হোগৎলকইবা নহারোলশিংগী পুক্লিংগী ফিবমস্তু অমত্তা ওইবা পুকচেল ওইরক্লবা মায়বা ফিজোল শেত্তুনা জাতিদুগী মতিক মগুণ ঙাক্লবা অচৌবা থৌদাংনি।

স্কুলগী কিয়াল চিংখৎপা, Play Day, অমসুং অতৈ অতোপ্পা Sports Meet নচিংবা যৌদোক কয়াদা তোয়না শীজিন্নরগদবা

Drill অমসুং Marching (ড্রিল অমসুং মার্চিং) গী নিয়ম থরা মথাদা পীরি।

১। সাবধান
২। বিশ্রাম
৩। আরামসে
৪। দাইনে মুর
৫। বাইনে মুর
৬। (ক) আধা দাইনে মুর
(খ) আধা বাইনে মুর
৭। সৎ যা
৮। পিছে মুর
৯। তেজ চল
১০। সামনে সেলুট
১১। দাইনে/বাইনে সেলুট
১২। কদম তাল
১৩। সামনে দেখ
১৪। গিন্‌তি কর
১৫ থম
১৬। জৈসে থে
১৭। এক লাইন বন্
১৮। কদম বদল
১৯ ছোটা কদম
২০। লম্বা কদম
২১। খুলে লাইন চল
২২। দো কদম দাইনে/বাইনে চল
২৩। অফিসারকো প্রতিকা দেনা ঔর ইনাম লেনা
২৪। ধিরে চল
২৫। তিন কমিনর লগায়েঙ্গে

**1. Savadhan ( Attention ) : –**

(ক) থূনিঙ অনি অহু পরেং অমত্তদা নকশিন্না লৈগনি। খোঙ অনিগী অরাওবা জাগা অহু ডিগ্রি ৩০ লাওগনি। হক-চাংগী শিবম চপ য়ু'না লৈগনি। (খ) হকচাংগী থল অসি খোঙ অনিমক্তা থমগনি। (গ) থবাক লোংখোকনি অমসুং মাঙলোমদা ইম্থোকনি।



**(ঘ) খুৎকী ফিবম :–** লেংজুমদগী পান্থোমশিং অসি চুন্না তাহনগনি অমসুং খুৎকা হকচাংগা অনিগী মরক্তা অহোবা অমত্তা লৈহল্লোইদবনি, খুং খুদিংমক কোমলপ্পা পায়শিনগনি অমসুং খুবী খুদিংমক্তা খুদোম্বীগী কোনশিনবা অসিগী মথক্তা তাহনগনি ।(ঙ) **ঙকঃ** অসি পংথাংসু থাঙ্গৎলগা ইং মশাগী ওপচাবী মতুংইন্না থাঙ্গৎকনি অমসুং মসিগা লোয়ননা মিংক্কম অসি গজ ১০০ দগী ১৫০ ফাওবগী মনুংদা থমগনি । (চ) **স্বরঃ** নুশাস্বর থিংলোইদবনি অমসুং হকচাংগী ফিবম অসি মনিঙ অমসুং মমাঙদা য়াম্না ইম্থোক্লোইদবনি ।



**2. Vishram** (বিশ্রাম)

Stand-at-ease : (ক) খোঙগী ফিবম : ওইথংবা খোঙ অসি ফুট ½ অমা য়াংনা থাঙ্গৎলগা ইঞ্চি ১২ লাপনা ( মী মীচুগী মশাগী অয়াংবা ফিবম য়েংলগা থরদং হেন্দোক-হেঞ্জিনবদা অকায়বদি লৈতে) য়েথংবা খোঙদগী থাংদোকনি । (খ) খুৎকী ফিবম : খুং

অনিমক মতম অমত্তুদা তুংলোমদা থমগনি, মাদুগা লোয়ননা ওই-থংবা খুৎশা মরি অমগুং খুবীগী কারক্তা য়েৎ থংবা খুৎশা মরি ননশিন্নগনি অমসুং য়েৎ থংবা খুবীনা ওইথংবা খুবীগী মথক্তা তাহনগনি, পান্দোম চপ তিংগনি (গ) থবাক, স্বর অমসুং ওক্তা ফিবম :—সাবধানগী ফিবম অদুগা মান্নে।

**3 Aramse** ( Stand-easy ) **হকচাংগী ফিবম :**–

বিশ্রামগী ফিবমগা চপ মান্নে। মতম অসিদা হকচাংগী কায়াৎ খুদিংমক লোইনা মশাগী ওইবা ফিবমদা লৈগনি। তৌইগুম্বসুং রারী-রাতাই শাবা, ঙক লৈথোকপা ১সুং রুমালনচিংবা শীজিন্নবা তৌরোইদবনি ( খ্বাংগী মথক মথৈদি থৱা লেঙ-খোৎপা য়াই )।

**4. Dahine mur** (Right turn):—মসি Savadhan গী ফিবমদগী পাঙথোক্তনি। মসি শীজিন্নবদা মশীং অনিদা শী-জিন্নগনি।



**Ek** (এক) : ছাত্রশিংনা ৯০°দা য়েৎলোমদা লয়বা, মসিগা লোয়ননা লন্নবা মতমদা য়েৎ থংবা খুনিঙদা অমসুং ওই থংবা খোঙ মতোন্দা, মথং-শিংনা খুনিঙগী মতোন্দা ওই থংবা খোঙ-দোন তাহনগনি। হক-চাংগী অরুম্বা শরুক য়েৎ থংবা খোঙনা পুগনি। মসিগী মতুংদা য়েৎ থংবা খোঙপাক অসি লয়মান্নদা নিঙথিনা তাহনগনি, খোঙ

অনিমক মথংশিংনা কপ্লাক কোন্দনা অমস্তুং খুৎকী ফিবম মথং-শিংনা নাকন্দা খুৎশাশিং পায়শিন্দুনা লৈগনি।

**Do** দো :— অনিশুবদা ছাত্রশিংনা ওই থংবা মখোঙ অতু লৈবাক মথক্তগী ইঞ্চি ৬ ( সেঃ মিঃ ১৫ ) য়াংনা থাঙ্গৎলগা কৈগল-শিংনা লয়মায়গা সমান্তর ওইবা, খোঙদোল্লা লৈবাকলোমদা য়ুং-থগনি অমস্তুং 'সাবধান গী ফিবমদা খোঙ ওই থংবগা য়েৎ থংবগা শমজিন্নগনি।



5. **Baine mur ( Left turn)** :—"Dahine mur" গুম্না মসিস্তু মশীং অনিদা ওইরোমদা লয়গনি। লয়বা মতমদা ওইথংবা খুনিঙ ১স্তুং য়েৎথংবা খোঙদোলস্তু অস্তুম্না ভৌগনি।

6 Adhadahine/Baine mur ( **Right/Left inclin** ): অসিগুম্বা command দা য়েৎ অমস্তুং ওইগী খোঙ তংখাইতমক লয়গনি। লয়বা মতমদা ডিগ্রি ৪৫° দা লয়গনি। অসিগুম্বা খুৎলয় অসি মশীং অনিদা মপুং ফাবা 'Dahine/Baine mur'দা লয়রগা চপ মান্নে।

7. Sat ja ( **Dress-up** ) :— য়াথং অসি ফংবা মতমদা ছাত্রশিংনা মশা মশাগী য়াম্না থুবা মতাংদা অমস্তুং য়াম্না তেনবা খোঙফমদা "Dahine Saj" দা ভৌথিবা মওং অতুমক ভৌগনি

অমস্তুং পরেং অহু চুমথোক্লগা "Savadhan" গী ফিবমদা লাক্কনি।

অসিগুম্বা য়াথং অসি P. T. নত্রগা Drill তৌরিবৈদা পরেং কায়রবা মতমদা শীজিন্নগনি। মসি য়াম্না অতেনবা Dahine Saj অমস্তুং Samne Dekh কী অপূনবা য়াথংনি।

**8. Picche Mur (About-turn) :**—মসি মশীং অনিদা পাঙথোক্কনি।

**Ek :**—য়াথং অসি ফংবা মতমদা ছাত্রশিংনা মখোয় মখোয়গী য়েৎলোমদা, ডিগ্রি ১৮০° দা লয়গনি। লয়বা মতমদা ওইগী খোঙদোল মথংদা য়েংকী খুনিঙ ওইগনি। হকচাংগী Balance নিঙথিনা থমগনি অমস্তুং খূৎ অনিমক ফৈগলগা নকশিন্নগনি।

**Do :**—অনিশুবা মশীংদা ওই থংবা খোঙহু লয়মায়দগী ইঞ্চি ৬" রাংনা থাঙ্গৎলগা Savadhan দা লাক্কনি। অসিগুম্বা মতম অসিদা হকচাংগী অরুম্বাদ য়েৎ থংবা খোঙদা পুগনি।




**9. Quick March (Tej chal) :**— য়াথং অসি মশীং অনিদা পাঙথোক্কনি।

Ek :— অহানবা মশীংদা ছাত্রশিংনা ওই থংবা খোঙনা কাম্না মমাঙদা থাংদোক্কনি। খোঙ অসি তিংথোকপা মতমদা খুকউ কোন্দনা খুনিঙনা সেঃ মিঃ ৭৬ তা শোকহনগনি নত্রগা মাগী অরাংবগী ওইগনি। মসিগা লোয়ন লোয়ননা য়েংশংবা খুৎ অত্ত মশাগী ওইবা মওংদা মমাঙদা পুগনি অমসুং ওই থংবা খুংনা তুংদা লাক্কনি। খুৎশিং অসি কোম্লগা পেটিগী মথক ওইনা কাইগনি।

Do : অনিশুবা মশীংদ য়েৎথংবা খোঙ অমসুং খুৎশিংনা মখোয়গী ওন্ন-তৈনবা মাম্নকৈদ কাইদোক্কনি। অসিগুম্না মওংদা তৎপা লৈতনা Ek-Do, Ek Do গী য়াথং অমসুং মশীংদা চৎথগনি। চৎপা মতমদা হকচাং অসি চপ তিংহৎকনি তৌই-ওক্সসুং কোম্না চৎকনি অমসুং মসিগা লোয়ন-লোয়ননা খুৎশিং লিংহনগনি অমসুং খুনিঙ চুমদ্রিং চুমহনগনি।

10. Salute to the front/[redacted] Samne Siloot/[redacted]) :— মসি শীংজিন্নবা মতমদা মশীং অনিদা শিজিন্নগনি।

Ek :—মসি পাঙথোকপা মতমদা ছাত্রশিংনা মখোয়গী য়েৎথংবা খুৎশিং অদু অকোয়বা মওংদা য়াম্না খজনা মাগী মাগী

---

N. B. Tej ol al দ খোঙকাপ অমগী অরাংবা অসি সেঃ মিঃ ৭৬ ওইগনি অমসুং পাখোমশিংনা হাইব মতমদা হ্যাংগী পেটিগী মথক ওইনা হাইগনি তৌইওক্সসুং খুৎশিং অসি য়াম্না কোম্না অমসুং লোংজুংগী পঙজিদা হাইবা অসি শীজিনৈ।

মখোকলোমদা পুরকনি। অসিগুম্না পুরকপা মতমদা খুবাম মমাংঙ-লোমদা ওন্থোকনি, খুৎশাশিং চুম্না তিংথোক্লগা অমগা-অমগা নপশিন্নগনি, খুদোংশীগী মতোননা য়েংথংবা, মিংকী মথক্তা ইকিং অমা কাখৎলগা থম্নগনি, হৌবী অদু খুদোম্বিদা নপাশিন্নগনি, খুনিঙনা লেংজুমগা পরেং অমনদা লৈগনি, হৌশাগী মতোলশিং, খুজেং হাস্তং খুনিঙ পরেং অমত্তদা লৈগনি। *




Do : অসিগুবা মশীদা ছাত্রশিংনা মখোয় মখোয়গী মখুৎশিংদু থুনা অশম্বা মওংদা হান্নগী ফিবমদা পুরকনি।

11. Dahine/Paine Siloot Siloot (Salute to the right/left ) :—য়াথং অসি ক্লাস অহুনা marching তৌরিবৈগী মতমদা শিজিন্নগনি। অসিগুম্বা Dahine Saloot নত্রগা Baine Siloot অসি (Ek) ওইথংবা খোঙনা লৈবাক্তা নেংথরকপা মতমদা পীগনি মসিদা য়েংথবা খোংগা লোয়ননা খোঙকাপ অসি মপূং ফাহনব্রগনি অমসুং য়েংথবা খোঙ মমাঙলোমদা থাং-দোকনি, খুনিঙনা লৈবাক্তা শম্নগনি, খোঙদোল লোখৎকনি, পাম্বোমদি য়ারিবমখৈ তিংথোকনি।

---

* খুৎ থাঙৎপগা লোয়ননা "জয় হিন্দ" হায়না অমত্তা ওইবা খোনাউদা লাউগনি।

ওইথংবা খোঙ, মমাঙলোন্দা পুথোকনি অমসুং মথংগী খোঙকাপ অদু ওইথ বা খোঙদা লোইশিনগনি--থুনিঙমা লৈবাক্তা, নেৎলগা খোঙদোল থাঙ্গৎকনি, মেপংবা পাম্বোম নিঙথিনা Siloot কী মফমদা পুরকনি, চক লৈথোকপগা লোয়নবা য়েৎলোমদা য়েংগনি, ওইথংবা খুৎনা savadl an গী ফিবমগুম্মা থমগনি।

ওইথংবা খোঙনা লৈবাক্তা শোকপা মতমদা হৌজিক Siloot ওইরে, মসিদা ক্লাস অসি 'UP' কা লোয়নবা ওইথংবা পাম্বোম্মা নাকলদা লৈখিগনি, Siloot কী ফিবম নিঙথিজনা লেংজুম লেঙদনা মথংগী য়েৎথ বা খোঙকাপকা লোয়নবা Do লাউগনি। অসিগুম্বা মতংদা do, tin, char, panch, chhe মথং মনাউ নাইনা য়েৎপবা খোঙকাপ ফাওবা চত্থগনি।

অসিগুম্বা খোঙকাপ মশীং "chhe" হায়বদা য়েৎথংবা খোঙকাপ ফাওবা থীগনি। থুনিঙনা লৈবাক অসি হেক খেংনবা মতমদা ওক লৈথোকপগা লোয়নবা মিংস্থ মমাঙলোমদা য়েংগনি, য়েৎথংবা খুৎ নাকন্দা পুশিনগনি অমসুং 'Niche' হায়না লাউগনি।

অসুম্মা তরেৎশুবা মশীংদদি marching অদু, খুৎ নিঙথিনা হাইনা অমসুং ফজনা, মথা চত্থগনি।

12 Qadam Tal (March Time) : – ম্রাথং অসি মশীং অনিদা পাঙথোকনি। ম্রাথং অসি ফংবগা ছাত্রশিংনা মথোং মথোয়গী ওইথংবা খোঙশিং অদু থাঙ্গৎকনি, থাঙ্গৎপদা কৈগলশিং

লয়মায়গা সমান্তর ওইগনি, খোঙদোল লয়মায়দা লুকথহনগনি অমস্তুং হকচাংগী অকন্থত্র য়েংথংবা খোঙনা পুগনি।

Ek : য়াথং অসিদা ওইথংবা খোঙপাক অসি লয়মায়দা পুরক্কনি অমস্তুং য়েংথংবা খোঙ থাঙ্গৎকনি।

Do : য়াথং অসিদস্তু মথক্কী অতুংগুম্না চপগনি। অবেপ্পা লৈতনা অমস্তুং মতম লৈবখিবিক্কা হকচাং অসি সাবধানগী ফি বমদা লৈগনি।

13, Samne Dekh ( Eyes Front ) :—য়াথং অসিদা ছাত্র অমস্তুং ছাত্রিশিংনা থৃৎ অমস্তুং ঙক মতম অমত্তদা য়াম্না ফজনা Savadhan গী ফিবমদা পুরক্কনি।

14. Ginti kar (Numbering) :— য়াথং অসিদা ছাত্র শিংনা Savadhan গী ফিবমদগী ঙক অমদি মিৎ চোইবা লৈতনা 'এক, দো, তিন' অসিনচিংবা মথং মথং থীগদবনি।

15 Thum ( Halt ) : য়াথং অসি য়েংথংবা খোঙনা য়েং-তা শিল্লকপা মতমদা পীগনি। য়াথং অসি ফংবা মতমদা মাঙদা চৎপগী থবক অসি লেপকনি। মসিগা লোয়ননা য়েংথংবা খোঙনা ওইথংবা খোঙগী পরেং অমত্তদা পুরক্কনি অমস্তুং খুৎশিংছু য়াম্না ফজনা নাকলদা পুরক্কনি অমস্তুং মসিগা লোয়ননা ছাত্রশিংনা Savadhan দা লাক্কনি।

16. Jaise the (As you were) :—য়াথং অসি কনাগুম্বা তম্বীরিবা ওঝা অমদি তাকপীরিবা মী অদুনা পেন্দবা

থোক্লবা মতমদা হান্নগী ফিবম অদুদা অমুক হন্নবা লাউবগী মতমদা শিজিন্নগনি।

17. Ek line Ban :— য়াথং অসিদা squad অদু পরেং অমদা লেপকনি। পরেং অসিগী য়াথং পীগ্রিদৈগী মতমদা তমবীরিবা ওবা অদুনা Dahine Darshak ওইননবা ছাত্র অমা হান্না কৌথোক্কনি।

অসিগুম্না য়াথং অসি হেক ফংবগা লেমহৌরিবা ছাত্রশিংনা Savadhan ওৌগনি অমস্তুং Dahine Darshak কী ওইথংবা নাকলদা পঙক্তি অমদা লেপকনি। অসিগুম্বা মতম অসিদা ছাত্র খিবিক্না মখোয়গী লেংজুমগা লেংজুমগা লাপ্পবা অমস্তুং পংক্তি নচিংবা য়েংলোমদগী য়েংগনি।

ঐখোয়না পরেং অমা শেম্বা মতমদা অসিগুম্বা চৎনবী অসিগা লোয়ননা য়াম্না থুনা পাংথোক্কনি অমস্তুং অরাংবনা ওইদা অমস্তুং অ্যনেম্বনা য়েৎথংবা মায়কৈদা মথং মথং লেপকনি।

18. Qadam Badal :— য়াথং অসি মশীং অনিদা পাংথোক্কনি।

Ek : য়াথং অসি য়েংথংবা খোঙনা নৈবাক্কা থেংনবা মতমদা পীগনি। ওইথংবা খোঙনা সেঃ মিঃ ৭৬ কী মপূং ফাবা খোঙকাপ অমা লোগনি. মতুদি য়েৎথংবা খোঙগী মমাঙদা ওইগনি। য়েৎথংবা খুৎনা মমাঙদা অমস্তুং ওইথংবনা মনিঙদা লাক্কনি।

Do : য়েৎথংবা খুকউ নোম্থগনি, ওইথংবা খুনিঙদা য়েৎথংবা খোঙনা hollow অমা শেমগনি খুৎতি নাকলগী মপান্দা

পুথোকনি, ওই থংবা খোঙ মমাঙলোমদা কাওথোকনি অমসুং Tej chal গী ফিবমদা লাকনি।

19. Chhota Qadam :—য়াথং অসি ক্লাস য়াঙনা চৎপা মতমদা অয়াঙবা অসি থরা হন্থনবগীদমক শীজিন্নৈ। "Chhota" হায়বা য়াথং অসি ওইথংবা খোঙনা লৈবাক্তা লৈরিঙৈ অমসুং য়েৎথংবা খোঙনা মথক্তা লৈরিঙৈ মতমদা শীজিন্নগনি। 'Qadam' হায়বা য়াথং অসিদা য়েৎথংবা খোঙ অসি সেমিঃ ৭৬কী মহুত্তা সেঃমিঃ ৫৩ দা থাংগনি অমসুং চৎপা অদু অদুম্মক চত্থগনি।

20. Lamba Qadam :—"Lamba" য়াথং অসি ওইথংবা খোঙনা লৈবাক্তা শম্লবা অমসুং য়েৎথংবা খোঙনা থাঙ্গংলিঙৈ মতমদা শীগনি। 'Qadam' য়াথং অসিদা য়েৎথংবা খোঙকাপ অসি সেঃ মিঃ ৭৬ কী মহুত্তা সেঃ মিঃ ৮৪ লাওনা কানগনি অমসুং মথা অদুম্মক চত্থগনি।

21. Khule Line Chal :— মসি কনাগুম্বা অমনা Squad কী Drill য়েংগে হায়রবদি (khule line) অসি দরকার ওই। মসিদা মমাঙ থংবা পরেংনা খোঙকাপ অমা মথায় মাঙদা, মনিঙ থংবা পরেংনা খোঙকাপ অমা মথায় তুংলোমদা চত্থগনি অমসুং ময়ায় থংবা পরেংনা লেঙদনা লৈগনি।

'Chal' গী য়াথংদা মমাঙ থংবা পরেংনা মপুং ফাবা ওইথংবা খোঙকাপ অমা থাংগনি অমসুং মসিগী মতুংদা য়েৎথংবা খোঙ থাংবগা লোয়ননা ওইথংবা অতেনবা সেঃমিঃ ৩৮গী খোঙকাপ

অমনা য়েৎথংবা খোংদা নিংথিনা পুশিল্লকনি। 'Nikat-line-chal দস্তু মসি ওন্না তৈনবা মওংদা ওইগনি।

22. Do Qadam Dahine/Baine Chal :—Baine Chal গী মতমদা ছাত্রশিংনা মখোয় মখোয়গী ওইথংবা মখোঙশিং অসি ওইথংবা নাকন্দা ( সেঃ মিঃ ৩০ ) পুথোকনি অমসুং য়েৎথংবা খোঙশিংনা ওইথংবগী মনাক্তা পুশিনগনি। অসিগুম্বা মওং অসিদ অমুক হন্না চপগনি।

Do Qadam Chal গী য়াথংদ, ছাত্রশিংনা মথক্তা তৌখিবা নিয়মশিং অসিগা চপ মান্নগনি তৌইগুম্বসুং মওং অসিদদি য়েৎথংবা খোঙলোমদগী হান্না হৌগনি।

23. Officer ko Patrika Dena aur Inam Lena : মসি ওফিসার অমসুং মীশক নাইবা অথন্নবা অমগী মনাক্তা চংদুনা মখুৎন্দা পোৎ পীবা নত্রগা মন মশুম লৌরকপা মতমদা শীজিননগনি। মসিদা কনাগুম্বা অমগী য়াথং ইল্লোই, মশা মথন্তা পাংথোকচগনি হায়বদি কনাগুম্বগী রাকম লৈতে। অদুগা চঙবা মতমদা মথাগী নিয়ম অসি ইনগনি।

ছাত্র অদুনা নিঙথিনা marching তৌদুনা চঙগনি অমসুং ওফিসার অদুগী মমাঙদা খোঙকম অহুম রাংনা লেপকনি। মসিগী মতুংদা Siloot তৌগনি, অমসুং খোঙকম অমা মাঙলোমদা চঙশিনগনি, Patrika নত্রগা চিঠি ওইথংবা খুত্তগী য়েৎথংবা খুৎনা লৌগনি অমসুং Savadhan গী ফিবমদা লাকনি অমসুং

Patrika পীগনি। মসিগী মতুংদা অমুক খোঙফম অমা হন্থগনি, Siloot তৌগনি অমস্থুং হাম্নগী মফমদা হনখিগনি।

করিগুম্বা ছাত্র অমনা Prize লৌবা তারবদি মহাক্না মথক্তা পনখ্রিবা চংনবীশিং অসি লোইনা ইনগনি তৌইগুম্বস্থুং পীবগী মহুত্তা লৌরকপা ওইবতনি।

24. Dhire Chal :— "Dhire chal" হায়থং অসিদা



ছাত্রশিংনা মখোয়গী ওইথংবা খোঙ মমাঙলোমদা কাপ্পোককনি, খোঙদোলহু হাইরপনা লয়মায়দা লূকথগনি অমস্থুং হকচাংগী কায়াৎ খুদিংমক চপ-ত্তিংনা লৈগনি, অমস্থুং খুং-শিংদু নাকলদা নিঙথিনা লৈ-গনি। কাপ্পোকলিবা খোঙকাপ অসিগী অরাওবা চাউরাক্না ০.৩৮ সেঃ মিঃ ওইগনি, অমস্থুং হকচাংগী খল খুদিংমক য়েংথংবা খোঙদা পীগনি।

Ek : 'Ek' হায়রবা মশীংদা অহানবদা কাপ্পোকখ্রিবা খোঙকাপ্নগী অতোপ্পা ৩৮ সেঃ মিঃ গী অমুক কাপ্পোকপগা লোয়-ননা লয়মায়দা ভাগনি, তাবা মতমদা খোঙদোলনা হায়া লয়মায় শোক্কনি, অমস্থুং মতম অদুদা য়েংথংবা খোঙনা ওইথংবা খোঙদগী ৩৮ সেঃ মিঃ লাপ্পা মাঙলোমদা থাংদোক্কনি।

---

নিঙশিংগদবা—হায়থং অসি পাংখোকপদা মশীং অনিদা এক অমুং দো ব পাঙখোককনি।

Do : 'Do' গী মশীংদা য়েংথংবা খোঙ লয়মায়দা লৈগনি, অমসুং ওইথংবা খোঙনা য়েংথংবা খোঙদগী ৩৮ সেঃ মিঃ লাপ্না কানগনি।

অসিগুম্না মতুংদা marching অসি চংথগনি। 'Dhire chal' গী মতমদা হকচাংগী থল অসি ওন্না হৈনবা খোঙশিংদা হকচাংগী থলশিংড পীগনি অমসুং খুৎ শা অমত্তা লেংঙলোইদবনি।

25. Tin Quami Naare Lagayange :—

'Bharat Mataki' য়াথংসিদা ছাত্র অমসুং ছাত্রিশিংনা মখোয় মখোয়গী য়েংথংবা মখুৎশিং অচু থাংগৎকনি, থাঙ্গৎপা মতমদা খুৎচুম তাশিনগনি, খুৎ নিং কোনগনি অমসুং মসিগী মতুংদা খ্বাইদগী অশন্না লম্বেলদা শক্তি অমগা লোয়ননা মথকলোমদা ইনথংকনি অসিগা লোয়ন-লোয়ননা মখোয়না Jai' লাউগনি। মসিগী মতুংদা মখোয়না মখোয়গী মখুৎশিং অচু খ্বাইদগী অশন্না লম্বেলদা পুরকপগা লোয়ননা Savadhan গী ফিবমদা পুরক্কনি। অসিগুম্বসি (action)



পাঙথোকপা মতমদা 'Bharat Mataki Jai' হায়না অচুমলক হন্না লাউবসি শাজিন্নগনি।

ঐখোয়না নিংশিংগদবদি অসিগুম্বা slogan অসি শীজিন্নবা মতমদা অনিশুবা লাউগদবা অসিনা অহানবদগী থরা হেন্না

হৌহনগনি অসূন্না লাউবসি অহুমশুবা লাউবনা ( অরোইবা ) খ্বাইদগী হৌবা খোঙ্গেন্দা লাউগনি।

নিঙশিংগদবা : – মথক্তা পীগ্রবা ' দাইনে/বাইনে মুর ১স্ত্র' পিছে মুর' দা চুম্না তম্নবগীদমক ওইনা এক-দোদদা হায়জগ্রে অদুবু ফজবা মওং অমদা তৌবা তাববদি এক, দো, তিন – এক হায়দুনা লয়খোক লয়শিনগী মওং অসি তৌগনি। হায়বিবা অসি মশীং খীবা মতমদা এক, দো, তিন—এক, হায়বদা তিন হায়বসিনা খজিক্তং শাংলপ্না হায়গনি।

---

## মরিশুবা তাঙ্কক

# ওলিম্পিক গেমস

## ( Olympic Games )

ঐখোয়না ঙসি পৃথিবী ফাওনা খঙনরবা ওলিম্পিক গেমস অসি পনবা মতমদা অমুক নৌহৌনা গ্রিসকী য়ারী নিঙশিংদবা ঙমদে। গ্রিস হায়বা লৈবাক অসি হকচাং ফবগী থৌরমদা শিক্ষা পীবগীদমক, থায়না মমাংঙৈদগী পৃথিবীদা মমিং চৎলি। ঐখোয়না পনবা য়াই, অঙাং অমা হেক পোক্লকপা মতমদা য়াম্না শোঙ্কু-নাউজুনবা ওইরক্লবদি, নিংথৌনা মাগী সিফাই থাদুনা হাৎন-নবা য়াথং পীরম্মি। অস্নম্না মতম অদুগী গ্রিসশিংগী মরু ওইবা শিক্ষাদি জিম্নাষ্টিক অমসুং ম্যুজিক অসিনা অথোইবা ওইরম্মি। অমুক নিঙশিংবা য়াই, গ্রিস লৈবাক অসি চৌংগী লমদম ওইবা মরম্না মনিঙ-মখা তম্না ষ্টেট কয়াম্ভ লৈরম্মি অদুনা মরম ওইদুনা হকচাং ফননবগী ট্রেনিং অসি ষ্টেটশিংগী মরু ওইবা উদ্দেশ্য ওইরম্মি। Sparta, Athens অসিনচিংবা ষ্টেটশিংগী মমুংদা শিংথানবা য়াবা State শিংনি। অসিগুম্না মনিঙ-মখা তম্না State শিং অসি অমগা অমগা অকনবা লাল থেংনরম্মি। অদুবু অসুকী মত্তিক শাথিনগ্রবা, অমগা অমগা উনবা য়ানরমগ্রবা State শিং অসি ঙসিদি অসিগুম্না Olympic Games অসিনা অমত্তা ওইবা লিচিংদা পুরকপা ঙমহনখি। ঙসিদি গ্রিস অসি অপুনবা লৈবাক অমা ওইবতা নত্তনা চাউরবা পৃথিবী অসি

অমত্তা ওইবা লিচিং অমগী মথাদা লাম্লনা পুরকপা ঙমহল্লি। অসিগুম্বা Olympic Games অসিনা লৈবাক অমগা অমগা মেরূ-তিংখঙ লৈতবগুম য়াম্না নুংশিনবা, অমত্তা ওইবা ইমুং-মনুংগী মচিল-মনাওগুম নুংশিনবগী খুদোংচাবা পুরকপা ঙমহল্লি। অসুম্না শান্নরোয়শিংগী মরক্তা অমত্তা ওইবা লিচিংগা লোয়নননা, মমা লৈবাকপু নুংশিবগী অচেৎপা রাখল কয়াসি পোকহল্লি। অমরোমদা অমুক হায়রবদা *জাতিগী ফিরালনা পৃথিবীগী ভৈক লৈবাকশিংগী মমাঙদা হাইনা হুম্না পাইবা অসি উরগা ইমা লৈবাক্তীদমক থরায় ফাওবা কপোকপগী অকনবা উইল ফাওবা পোক্কবা ঙমদে।

Olymp c Games অসিগী হৌরকফম অমসুং মাগী মওং মতুং ইন্না অনিথোক্না খায়দোকপা য়াই—

(ক) The Ancient olympic Games অমসুং

(খ) The Modern olympic Games

(ক) The Ancient olympic Games:- গ্রীস লৈবাক্তা Olympic অসি গ্রীক জাতিগী অচৌবা হরাও-কুম্মৈ অমা ওইরম্মী। অসিগুম্বা হরাওকুম্মৈ অসিগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি মখোয়গী অথোইবা ঈশ্বর 'Zeus'পু হরাওবনি। Athletic কী ওইবা থৌরমশিংদা তান্নবা অমসুং শিঙনবা অসি

**Olympic তা শরুক য়ারিবা লৈবাক খুদিংমক্তা মাগী মাগী জাতিগী ফিরালনা শরুক য়াবগী মওং তাক্লে। অসিদা নত্তনা কনগুম্বা Athlet অমনা পৃথিবীগী ওইনা event অমদা মকোক মচ্রাগা মখং মনাও ওইরক্লবদি মহাক মশা মখত্তা নত্তনা মহাকী মমা লৈবাক্তা ফিরালবুসু পৃথিবীনা সন্মান উৎলৈ।**

হরাওবা অসিগী মরুওইবা থৌরম ওইরম্মী। মচেৎ-মচেৎ তারবা গ্রীস জাতি অসি, জাতিগী ওইবা হরাও-কূম্মি অসিনা অমত্তা ওইবা লিচিং অমগী মখাদা পুরকপা ঙমখি।

খুংগী মমাঙ চহি ৭৭৬ তা Olympia কী নিঙথিজরবা মফমদা ইহান হানবা ওইনা Olympic কী শান্নবা অসি হৌখি। মসিগী মতুংদা চহি মরি। মরি খন্নরগা রোমানগী নিংথৌরেন, থিওডোসস *(Theodosius/393 A D)না পানবা হৌগৎলকপা ফাওবা চত্থখিরম্মী। অসিগুম্বা রোমানগী নি থৌরেন অসিনা; মীওইবগী পুন্সিদা খুদোং থিনিংঙাই ওইবা অমসুং শেল-থুম মাঙনমবগী মশক্তি হায়না খনবগা লোয়্ননা, শান্নবা অসি থিং-খিরম্মী ঐথোয়না মতং অসিদা অমুক নিংশিঙবা য়াই গ্রীসকী স্টেটশিং অসি অমগা অমগা লাল থেংনরম্মী হায়বসি। অদুবু অসিগুম্বা Olympic কী শান্নবা অসি হৌগদবা থা কয়ামরুম রাংলিংগী মমাঙদা পাউ পীবা মীওই কয়ামকম থাদোক্লুনা গ্রীস নৈবাক শীনথুংনা মতম খরগী লাল লেপ্পবগী স্টেট খুদিংমক্তা পাউ পীরম্মী। পাউ অসি কেক ফংবগা স্টেট খুদি মক্কী প্রজা পুম্নমক স্টেট অমদগী স্টেট অমদা চংশাক-চৎশিন তৌবা য়ানরম্মী অমসুং মফম খুদিংমক্তা শান্তি ওইরম্মী।

মমাংঙৈগী গ্রীসতা চৎনরম্বা Olympic কী নিয়ম অমসুং মওং খরা মখাদা পীরি:

১ Olympic অসিদা নুপী অমত্তা য়াওবা য়ারমদে অমসুং মসিগা লোয়্ননা য়েংবসু য়াহল্লমদে।

Amrita Bazar Parika Review—sports 23rd Aug. 1972

২। শান্নবদা য়াওরিবা মীপুম খুদিংমক্তা কিরোলনচিংবা শেংনরমদে, হায়বদি থাঙ্গশেংনমক কি অমত্তা য়াওরোইদবনি।

৩। অসিগুম্বা শিংনবদা য়াওরিবা মীপুম খুদিংমক গ্রীকী মচা-মশূ ওইবত্তা নত্তনা মরাল লৈতবা মী অমত্তু ওইগদবনি।

৪। শিংনবা অসিদা য়াওরিবা মীওই খুদিংমক অচুম্বগী-দমক রাশরুবা তারম্মী।

৫। তান্নবদা শরুক য়াগদৌরিবা মীপুম খুদিংমক্তা Pales-tra অমদা থা তরা শেম-শারগা অরোইবা থাদা Olympia দা অমুক শেম শানরম্মী।

৬। অসিগুম্বা শিংনবা অসি গ্রীককী সিটি অমদি ষ্টেটশিংগী মসুংদতা ওইরম্মি।

---

গ্রীস লৈবাক্তগী Olympic Games হৌরকখিবগুম মৈতৈ লৈবাক্তসু মাইনর গেমস অমসুং হুটিং গেমসকী মখল কয়া ঐখোয়না উবা ঙমগে।

মাইনর গেমসতা হায়বা মাই :—অতাংশিংগী মাংখোং, খোংয়াই, লমজেল-নচিংবশিং ..........

হুটিং গেমসতা :— থাংগী নিংশিংবা খোঙ্গ্‌বা মতমগী হৌরক্লবা অমদি আহিগী ঊনাং হইনা নিংথৌরেলশিংনা যাবক্লবা খোঙ-কাঙবৈ, মুক্না, শগোল কাংবৈ, কাং শান্নবা, নুং হুনবা, শূক-লংবা, চা হুনবা অমসুং লমজেল্লচিংবা।

অসুম্না মৈতৈ লৈবাক্তসু খুমন, লুয়াং, চেংলৈ, মোইরাং, অঙোমচিংবা তোংগান তোংগানবা লৈবাকশিংগী অকন-অখোংশিংগী শানাগী ওইনা অমুক অপুনবা ওইনা ইম্ফালদা অরোইবা চাংনে অমসুং মনা মথুম পীবনচিংবা অসি থৌরকপনা হৌখিবকাওবা ঙম্লা লৈতরি। (কাংলৈজেরোল, কাংগী কাংলোন)

৭। তান্নবগী থৌরম খুদিংমক লম্নাই-লম্নাইগী ওইবা থৌরম-ডাক্তা ওইরম্মি অমসুং অপুনবগী থৌরম লৈরমদে।

Olympic অসিগী মকওইবা থৌরম খরা মথাদা পীরি :— লমজেল, চেজোং, মাঙজোং, তা লংবা. ডিস্কস্, রিস্টলিং, বোক্সিং (Pankration), শগোল লমজেল ১সুং Pentathlon অসিনি। খ্বাইদগী মীথোই মীহেনবা অমা খনবা মতমদা Pentathlon না লেপকনি।

অসিগুম্বা তান্নবদা মায়পাক্লবা মীশিংদা মথোয়বু ঈকাই-খুম্নবগা লোয়ননা অশেংবা লৈকোলদগী হেক্রগা শাবা চোকোল মনাগী লুহুপ অমসুং কোনা হুমাই অমগী মশা অমা পীবগা লোয়-ননা মথোয়বু ঈকাই খুম্নরম্মি। খ্বাইদগী ঈকাই খুম্নবা মীশক অমা ওইগে হায়রবদি মায় পাক্লবা মীওইশিংগী মরক্তগী ওইরম্মি। মহাক্না মায় পাকপগা লোয়ননা মশাগী স্টেটতা হল্লকপা মতমদা মীয়াম্না পরেং-পরেং লেপ্তুনা হরাও-তয়াম্বগা লোয়ননা মহাকপু সন্মান তৌনরম্মি।

(খ) The modern olympic games : শতাব্দী তরামঙারোম লেপলুরবা মতুংদা ইংশোক ১৮৯৬ তা অসিগুম্বা শান্নবা অসি ইনৌ নৌনা অমুক চত্থরকখি। মতাং অসিদা ঐখোয়না ফ্রেঞ্চ-মেন বেরোন পেরিডি কোবার্টিন (Frenchman Baron Pierre de Coubertin) বু নিঙশিংদবা ঙমদে। মহাক্না ঊইন-ফনবা, লেপ্তুনা হোৎনবা হাথল অমসুং হকচাংনা ঙসি ঐখোয়না পৃথিবী কাওরবা Olympic না পাক চাউরবা পৃথিবীগী জাতি

কয়াবু অমত্তা ওইবা লিচিংদা পূবকখি। ঐখোয় পৃথিবীগী মীপুম খুদিংমক্তা মহাক্কী মফমদা চাউরবা লমল অমা হোল্লে হায়বসি হায়মনবা থোক্লোই। কোবাটিননা চহি ২১ চঙলকপা মতমদা ইংলণ্ড য়েংখি অমসুং মথং চহি মঙা নৈরগা আমেরিকাসু য়েংখি। অসিগুম্বা মহাক্কী খোঙচৎশিং অসিনা মহাক্কী ৱাখল্দা অকনবা Games অমসুং Sports কী অনৌব ইথিল অমা হৈবকখি। মহাক্না, মসিনা মরম ওইদুনা, ফ্রান্স ( France ) গী স্কুল অমসুং কলেজশিংদা Games অমসুং Sports অসিগী মিংচৎ হেৎসৎ-ননবা হোৎনখি। মমৈথংদা মহাক্কী মথুক শেননা হোৎনজ-মনগী মতেংনা ফ্রান্সতা নত্তবা অতৈ অতৈ অতোপ্পা নৈবাক-শিংগী ছাত্রশিংনা অমত্তা ওইবা লিচিংদা Sport কী লম্বীদা খোঙদাখি।

মমৈথংদা মহাক্না দেশ কয়া কয়া চত্নুনা বিশ্ববিদ্যালয়গী ছাত্রশিং অমসুং অতৈ অতৈ অতোপ্পা শান্নবগী organisation কয়াসু উনখি। মহাক্না মসিগা লোয়ন-লোয়ননা শান্নবগী ভাবন কয়াসু পীখি। Coubertin গী অমত্তা ভায়রবা আশাদি অসিগুম্বা মূৎলুরবা Olympic Games অসি অমুক হঙ্জিল্লকপা অসি মহাক্কী অমত্তা ভায়রবা ৱাখলনি। ইং শোক ১৮৯৪ দা কোবার্টিননা য়ুরোপ অমসুং আমেরিকাদা নৈবা শান্নবগী ওর্গা-নাইজেসন কয়াদা হায়জদুনা পেরিস ( Paris ) তা সভা অমা

**"The important thing in the Olympic Games is not winning but taking part The essential thing in life is not conquering but fighting well"—Baron de Coubertin.**

ফমখি। অসিগুম্বা সভা অসিদা লৈবাক ১২ গী মীহুৎ য়াওখি অমস্থং মীহুৎশিং অদুনা য়েংনবা লৈতনা Olympic কী শান্নবা অসি অমুক হঙ্খিনবদু য়ানখি। সভা অসিগী ৱারেপ ওইনা অহানবা Modern Olympic Games অসি গ্রীক্কী এথেন্স (Athens) দা শোক ১৮৯৬ তা পাঙথোকপা হায়না লেপনখি।

অদুবু শোক ১৮৯৬ তা Olympic Games অসি পাঙ-থোকপা হায়না লেপ্নরবস্ত, শান্নবা অসি পাঙথোকপদা পৈশা য়াম্না দরকার লৈরম্মী। অদুবু লাইবক ফবদগী গ্রীক্কী নিংথৌ-কোনগী অকনবা শক্তিগী, মথাদা ঙাকপি শেনবিবগা লোয়ননা অতৈ অতোপ্পা পূকচেল চাউরবা, শান্নববু নুংশিবীব' মীওই কয়াদগী দান কয়ামকম খোমজিনবগা লোয়নলা পাঙথোকপা ঙমখি। দান তৌরকখিবশিংগী মনুংদা George Averoff (গ্রীক্কী ললোনবা) শিংথানবা য়াবা অমনি। মহাক্না এথেন্সগী Stadium অদি পূমশেম শেম্নবগীদমক drachmas million অমা কৎখি। অসিগুম্বা মওং অসিদা, ইং শোক ১৮৯৬ এপ্রিল ৬ তা গ্রীসকী নিংথৌ অহানবা জর্জনা অসিগুম্বা শান্নবা অসি এথেন্সকী মতিক মগুণ চেন্নবা Stadium দা হৈহান হান্না হাংদোকপিখি। মসিদা আমেরিকা (America) ফ্রান্স (France) ডেনমার্ক (Denmark) ইংলেণ্ড (England); জর্মণী (Germany) হঙ্গেরী (Hungary) গ্রীস (Greece) অমস্থং স্বইজারলেণ্ড (Switzerland দগী শান্নরোয় কয়ানা শরুক য়াখি। অসিগুম্বা

মওং অসিদা Ancient Olympic কী Events কয়া Modern Olympic Games তা য়াওখি। অসুম্না World Olympic Games কী শাম্নরোয়শিংনা শান্নবা থোকপা খুদিংদা Oath লৌই। অকোনবা Munich ( Germany ) দা শকথিবা Oath.*

Opening Ceremony :

অসিগুম্বা Olympic Games অসি হাংদোকপা মতমদা য়াম্না নিংথিজনা, শান্নবদা শরুক য়াগদৌরিবা, শাম্নরোয়শিংগী Parade অমগা লোয়ননা হাংদোকই। শাম্নরোয় খুদিংমক্না নিঙথিজরবা ফিজেৎ-লৈতেংগা লোয়ননা Stadium অদুগী মনুংদা মাগী মাগী জাতিগী ওইবা কাঙলুপ কাঙলুপ ওইনা অসিগুম্বা Opening Ceremony অসিদা শরুক লৌই। অসিগুম্বা শান্নবা অদু পাঙথোক্লিবা লৈবাক অদুগী রাস্ট্রপতি নত্রগা নিংথৌনা শান্নবা অদু হাংদোক্লে। ঐথোয়না অমুকস্থ নিঙশিংবা য়াই, অসুম্না পাঙথোকদৌরিবা Stadium অদুদা 'Runner' শিংনা মথং মথং শিন্নদুনা 'Olympia' ( Greece ) দগী পুরকপা 'মৈনম' অদুনা মৈগী 'কুণ্ড' শেম্লিবা মফমদা

---

*1972 Munich ( west Germany ) দা শান্নবা হৌখিবদা মথাগী অসিনা oath ওইখি।

"In the name of all competitors I promise that we will take part in these olympic games, respecting and abiding by the rules which govern them, in the true spirit of sportmanship, for tha glory of sport and for the honour of our teams". Olympic Oath.

চুবগা লোয়নন্না 'Olympic Flame' গী মঙালনা মায়কৈ খুদিংমক্তা ঙালহল্লি।

Closing Ceremony :— লোইশিনবগী Ceremony দা শাম্নরোয় খুদিংমক্না অমত্তা ওইনা মচিল-মনাওশুন্না য়াম্না মুংশিনবা মওংদা কায়নৈ। অসিগুম্বা Ceremony অসিদা Olympic কী official ওইবা মীওই অমনা অসিগুম্বা শান্নবা অসি লোইশিল্লে হায়না লাউথোকপগা লোয়নন্না মথংগী মফম অমদা অমুক উননবগীদমক ময়ামগী মফমদা নিমন্ত্রণ তৌবগা লোয়নন্না বিদায় পী।

ঐখোয়না অমুক নিঙশিংবা য়াই, ঙসি পৃথিবী অসিদা চংনরিবা Olympic কী মশান্না অসি শরুক অনি খোক্লা খায়-দোকই :— ১) Summer Olympic Games অমসুং (২) Winter Olympic games.

(১) Summer Olympic games :— অসিগুম্বা Summer Olympic games অসিদা Sport 22 য়াওই অমসুং মখোয়শিং অসি মথংশিংনা কাঙলুপ ৬ থোক্লা অমুক খায়দোকই —

(ক) Athletic Sports (খ) Combative Sports (গ) Gymnastic Sports (ঘ) Aquatic sports (ঙ) Modern Pentathlon অমসুং Equestrain Sports অসিনি।

ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী, করিগুম্বা sport অমা Olympic Games কী মসুংদা শক খঙবা sport অমা ওইহনগে হায়রবদি

---

* Event, মখল মঙানা পুল্লগা লেপ্পী। মখোয়শিং অসি মথং নাও নাইনা পাঙথোকনি মতৃৎ :— Long jump, Throwing the Javelin, 200M, Throwing the Discuss অমসুং 1,500 M. ( Rule 48 (195) Manual of Athletic Competitions ).

য়ামত্রবদা sport অদু দেশ ২৫ না শরুক য়াবা sport অমা ওইহনগদবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা khokho, kabadi, Base ball অসিনচিংবা মশান্নশিং অসি ভারতা মমিং য়াম্না চৎলি অদুবু পৃথিবীগী অয়াম্বা মফমশিংদা olympic কী শরুক অমা ওইনা লৌনদে।

Summer Olympic Games অসিদা Track and Field গী event কয়ানা মসিগী মরুওইবা উদ্দেশ্য ওইনা লৌনৈ। অসিগুম্বা event শিং—walking, jumping, throwing, cycling অসিনচিংবতা নত্তনা team—sports কয়াম্লু য়াওরি। Team—sports অসি soccer, basket-ball hockey অমসুং volley ball অসিনচিংবা অসিনি। ইং শোক ১৯০৬ কী বার্লিন্দা শান্নখিবা olympic games তা basket ball অসি য়াওখি. Cycle গী লমজেল, boxing, judo অসি অহানবা Modern olympic games ( Athens, 1896 ) দা য়াওখিরম্মি।

Aquatic Sports :— Swimming অমসুং Diving, Water polo, Rowing ১সুং Yaching অসিনচিংবা য়াওই। Swimming অমসুং Diving মুপী অমসুং নিপা অনিমক শরুক য়াই।

Winter Olympic Games :— অসিগুম্বা olympic games অদুগী চহি অদুমক্তদা শান্নৈ। Speed skatting. figure skatting অসিনচিংবা ওলিম্পিক অসিগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যনি।

Marathon Race : ঐখোয়না ভসি খোনা ফবা, অমসুং ইচঙ খোবা সিফাই কয়াগী মতিক মগুণবু নিঙশিংদবা ওমদে। মসি হৌজিক্কী হৌগৎলম্লিবা নাহারোলশিংগী মফমদা অশেংবা পূক্নিংগী অনৌবা ইহৌ অমগা লোয়নন। Marathon গী লাল-ফমবু নিঙশিংহল্লি। Marathon অসি Athens দগী মাইল ২৬ লাপ্পা লৈবা লালগী মফম অমনি, মতম অমদা Greek গী লান্মীগা Parsian গী লান্মীগা অকনবা লাল খেংনখি। লাল-ফমদা গ্রিসকী লান্মীনা পারসিয়ান লান্মীশিংবু মায়থীবা পীখি। Pheidippides কৌবা পাউ পীথোক-পীশিন তৌবা সিফাই অমনা অসিগুম্বা Marathon গী লালফমদগী চেল্লক্লুনা লাল-ডম পাউ পুদুনা Athens তাল্লা পাউ পীরখি, অদুগা লুংঙাইরবা পাউ অসি তয়রবা মতুংদা বাত্তুনা শিখি। অসিগুম্বা খোনা ফবগী খুদম অসি নিঙশিংবা ওইনা, শোক ১৮৯৬ গী অহানবা Olympics তা Marathon গী লমজেল অসি য়াওখি। গ্রীকী য়াও শেনবা, Spiridon Loues কৌবা মুপা অমনা Marathon দগী Athens গী stadium য়ৌ· ইহান হাল্লা চেনখি। ইং শোক ১৯০৮ দা London দা পাংথোকখিবা olympics তা Marathon লমজেলগী অরাপ্পা অসি মাইল ২৬ অমসুং গজ ৩৮৫ অসুপ্পা লেপখি। অসিগুম্বা মও অসিদা পৃথিবীগী শান্নবা অসি চহি মরি মরি লৈরগা শান্নখি *।

*নিঙশিংবা য়াই মঙ্গদি মারাথোনগী অরাপ্পা অসিদগী হেন্না চাংগী অঙকপা কাখৎ-কুমথ তৌদুনা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তিগী জিলা দরবারদা মাইব্যা তাম্রসিংহনা মাইল ৭০ য়োম্নু হকৎ-হন্দা চেন্নুনা গোবিন্দগী নির্ম্মাল্য লৌখিবসিমক মারা-থোনগী লমজেম্না হেল্লগোই। ঐখোয়গী খোনা ফয়বা ইপা ইপুশিংম্ন পোকখি।

মথাদা শোক ১৮৯৬ তগী হোনা ওলিম্পিক শান্নখিবা লৈবাক অমমমুং মফম পীরি :—

| শান্নখিবা চহি | মফম | দেশ |
|---|---|---|
| ১৮৯৬ | এথেন্স | গ্রীস |
| ১৯০০ | পেরিস | ফ্রেঞ্চ |
| ১৯০৪ | সেণ্ট লুইস্ | ইউ, এস, এ |
| ১৯০৮ | লণ্ডন | ইংলণ্ড |
| ১৯১২ | ষ্টোকহলম্ | স্নুইডেন |
| ১৯১৬ | অহানবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও | |
| ১৯২০ | এণ্ট্রইপ | ডেনমার্ক |
| ১৯২৪ | পেরিস | ফ্রেঞ্চ |
| ১৯২৮ | এমষ্টর্ডাম্ | হোলেণ্ড |
| ১৯৩২ | লোস-এঞ্জেলস্ | কালিফোর্নিয়া |
| ১৯৩৬ | বার্লিন | জর্ম্মনী |
| ১৯৪০ | (অনিশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও) | |
| ১৯৪৪ | " " " | |
| ১৯৪৮ | লণ্ডন | ইংলণ্ড |
| ১৯৫২ | হেলসিনকি | ফিনলেণ্ড |
| ১৯৫৬ | মেলবোর্ন | অষ্ট্রেলিয়া |
| ১৯৬০ | রোম | ইটালি |
| ১৯৬৪ | টোকিও | জাপান |
| ১৯৬৮ | মেক্সিকো | |

| শাল্লখিবা চহি | মফম | দেশ |
|---|---|---|
| ১৯৭২ | ম্যানীক | ওয়েষ্ট জর্ম্মনী |
| ১৯৭৬ | মোণ্টরিয়েল | কানাডা |

পৃথিবীগী Olympics অসি ( I. O. A. ) International Olympic Association গী থৌওংগী মতুং ইন্না পাঙথোকই। পৃথিবীনা য়ানরবা শান্নবা মশান্না খুদিংমক অসিগুম্বা olympics অসিদা য়াওই। মসিগী হকশিং অসি International Olympic Committee গী মথুক্তা শিন্নে। মসিগী Head quarter দি Lausanne ( Switzerland ) দা ওই। দেশ খুদিংমক্কী মশা মশাগী ওইবা Olympic Association অমমম লৈ অমসুং পৃথিবীগী তান্নবদা য়াওগে হায়রবদি National Olympic Association গী পান্থেনা য়াওগনি। ইংশোক ১৯১২ গী olympics তা মুপীশিংস্থু শরুক য়াখি অমসুং ইরোইবগী থৌরম পাঙথোকখি।

Olympic গী ফিরাল :—
করিগুম্বা জাতি অমগী মশাগী ফিরাল লৈজবগুম্না olympic কীস্থু তোপ-তোপ্পা ফিরাল লৈজে। মসি ইচম চম্বা ফি অঙৌবা অমদি অকোয়বা লৈই মঙা থরা অমগা অমগা লোশিন্নৈ অমসুং মখোয়গী



মচুশিং অসি অ।তয়া মচু, নাপু, **অমুবা, অশংবা অমসুং অঙাংবা** অসিনি। মখোয়শিং অসি মথং মনাও নাইনা মহাদেশ মঙাগী মহুৎ শিন্নি—America Asia Africa, Europe অমসুং Australia অসিনি। অসিগুম্বা চগোশিং অসিগী মখাদা olympic কী পাউরৌ "[1]Citius, [2] Altius [3]Fortius" অসুম্না থাই। চগো অমসুং পাউবৌশিং অসিগা লোয়ননা Olympic Emblem ওইনা শেম্মি।

## ইণ্ডিয়ান ওলিম্পিক এসোসিয়েসন

### ( Indian Olympic Association )

মমাংদৈদা ভারত্তা লৈরম্বা বৃটিশকী অফিসারশিং অসি শান্ন-থোৎনবদা অসুক্কী মতিক থরায় য়াওরম্মি। মখোয়শিং অসি ভারতকী তোংঙান তোংঙানবা লোয়শঙ কয়াদা থবক তৌরম্মি। অসিগুম্বা তোঙান-তোঙানবা লোয়শঙশিং অসিদা মথল মখলগী শান্নরোয়শিংগী team কয়া কয়াসু শেমলম্মি। খুদম ওইনা হায়রবদা foot ball. volley ball, hockey, cricket অসিনচিংবা অসিনি। অসিগুম্বা শান্নবদা পাম্বা বৃটিশকী অফিসারশিং অসিনা অসুক্কী মতিক থরায় য়াওবদগী লৈবাক অসিদা লৈবা লাইরিক তম্ফমশঙশিংদা team কয়া কয়াসু থোক্লকখি। অসুম্না মমৈথংদদি শান্নবা পাম্বা মীওই খিবীরা লম্নাই ওইবা Club কয়া কয়া লিংখৎখি। অসিগুম্বা মওং অসিদগী ভারত অসিদা শান্নবগী ইথিল অমা পুরকখি :অমসুং মমৈথংদা শান্নবা

---

1. Ever Faster 2. Ever higher 3. Ever stronger

মথল মথলগী টিমশিং অমগা অমগা পুনশিন্দুনা Association/ Federation অমুম্না শেমখি। অমুম্না ঙসিদি শাম্নবা খুদিং-মক্তী তোঙান তোঙানবা মওংদা District level, State level অমসুং International level দা ওইরে।

অমুম্না Association শিং অসিগী হোৎনজমনগী মপাম্না ঙসি মথল মথলগী Tournament কয়া-কয়া Ranjit Trophy, Agakhan (hockey) Durand (Football) Beighton (Hockey) অসিনচিংবা কয়া কয়া উবা ফংলে।

ঐখোয়না নিঙশিংবা য়াই, শোক ১৯১৯ দগী হৌনা অসিগুম্বা ওলিম্পিক্কী ইথিল অসি ভারত্তা হৌরকখি। অসিগুম্বা মতাং অসিদা ঐখোয়না Sir Dorabji Tata গী মফমদা য়াম্না চাউরবা লম্মন অমা তোল্লে হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মহাক্না Antwerp তা তৌখিবা পৃথিবীগী ওলিম্পিক্তা ভারতকী শান্নরোয়শিংবু শরুক য়াহনগে হায়না খনখিরম্মি। অরাবদি, মতম অদুদা ভারতকী ওলিম্পিক এসোসিয়েসন অসি লৈরমদ্রি। অদুবু Tata গী অথাঙকনবা, লেপখিবা পুক্নিং হোংদবা অমসুং অচেৎপা ৱাখলগী শক্তিনা International Olympic Association দা হেক্তা খুৎথেংনবা affiliation তৌদুনা ভারতকী শান্নরোয় (Athlete) ৬ Antwerp তা তৌখিবা শোক ১৯২০ গী পৃথিবীগী olympic তা শরুক য়াহনখিবা অদুনি।

ইং শোক ১৯২৩ দা All India Olympic Committee অসি শেমখি। Committee অসিনা শীল-লাঙদুনা Indian

Olympic Games হায়না খঙনরবা All India Athletic Meet অমা ইহান হানবা ওইনা New Delhi দা পাঙথোকখি। অসিগুম্বা Meet অসিদা শোক ১৯২৪ দা Paris তা তৌখিবা পৃথিবীগী olympic games তা শরুক য়ারুনবগীদমক Athlete ৭ খনখি। মতৌ অসুম্না ঙসি ফাওবদা ভারতকী শাম্নরোম্নশিংনা পৃথিবীগী ওলিম্পিক গেমস-তা শরুক য়ারি।

ইং শোক ১৯২৭ তা Sir Dorabji Tata না President অমসুং Dr. A. G Neohren না Secretary ওইদুনা Indian Olympic Association অসি শেমখি। মমৈথংদা Dr. A.G. Neohren না খবক্তগী পোত্থারবদা G. D. Sondhi বু ইণ্ডিয়ান ওলিম্পিক এসোসিয়েসন অসিগী Secretary ওইনা খনখি। ঐখোয়না নিঙশিংবা য়াই. Dr. A. G, Neohren অমসুং H C. Buck কী হোৎনজমম্না ঙসি ভারতকী ষ্টেট খুদিংমক্তা ষ্টেটকী ওইবা ওলিম্পিক এসোসিয়েসন অমমম লৈরে। অসুম্না পূম্না শেম্নবা ইণ্ডিয়ান ওলিম্পিক এসোসিয়েসন অসিগী মতেংনা ভারতকী hockey গী team অমা আমষ্টার্ডাম ( Holland ) দা শাম্নখিবা পৃথিবীগী ওলিম্পিক গেমসতা থাদুনা মায়পাকপগা লোম্ননা পৃথিবীগী সম্মান ফংখি। অসিগুম্বা ইণ্ডিয়ান ওলিম্পিক এসোসিয়েসন অসিগী সংবিধান্দা য়াওবা উদ্দেশ্য কয়া মখাদা পীরি।

1. "To encourage, promote, assist in and secure adequate participation in the olympic games, and such other international contests as may be

approved, of competitors representative of Indian Empire.

2. To control and regulate on an amateur basis track and field athletics, cycling, swimming, volley ball, basket ball indigenous games, wrestling and any other sport for which there does not exist at present an All-India controlling body.

3. To encourage the continuous training of competitors for participation in regional and All-India contests in athletics and other sports mentioned in (2) above the olympic games and other internatio nal contests.

4. To hold every two years the National Championship meets in Athletic and sports mentioned in (2) above.

5. To encourage athletics and other sports for women."

অসিগুম্বা উদ্দেশ্যশিং অসিগী মখাদা ঙসি ঐথোয়না পৃথিবীগী ওলিম্পিক কয়াদা ভারতকী শাম্নরোয় কয়ানা শরুক য়াররি।

অসিদা নত্তনা ভারতকী শাম্নবা খুদিংমক্কী Association অমসুং Federation কয়ানা অসিগুম্বা ইণ্ডিয়ান ওলিম্পিক এসোসিয়েসন অসিদা এফিলিয়েসন তৌরি।

# ওল ইণ্ডিয়া কাউন্সিল ওফ স্পোর্টস

## ( All India Council of Sports )

ভারতনা স্বরাজ ফংলবা মতুংদা হীরম খুদিংমক্তা চাওখৎপগী খোঙথাং চঙশিল্লকপগুম, হকচাংগী ওইবা শিক্ষা অমদি শান্নবনচিংবা হীরম কয়াদস্থ নোংম নোংমগী চাওখৎ-খোঙথাংদা চঙশিল্লকপা উবা ফংই। অসিগুম্বা হকচাংগী ওইবা শিক্ষা অমদি শান্নবনচিংবা অসিগীদমক ভারত সরকারনা থৌদাং কয়া কয়া পায়খৎলি। অসিগুম্বা থৌরাংশিং অসিগী মপুংদা ওল ইণ্ডিয়া কাউন্সিল ওফ স্পোর্টস অসি অমনি। ইংশোক ১৯৫৪ দা ভারতকী শিক্ষা মন্ত্রিগী বিভাগনা অসিগুম্বা ওল ইণ্ডিয়া কাউনসিল ওফ স্পোর্টস অসি শেমখি।

কাউন্সিল অসিদা মরু ওইনা নেসনেল স্পোর্টস ফেডরেসনগী সভাপতি অমস্তুং অতৈ অতোপ অতোপ্পা শান্নবগী হিরমদা মমিং লৈরবা ওর্গেনাইজেসনশিংগী মীওই কয়ানা এক্স ওফিসিও মেম্বর ওইনা য়াওখি। অসিদা নত্তনা সরকারগী মীহুৎ মঙাস্থ কাউন্সিল অসিদা য়াওবগা লোয়ননা পুন্না কাউন্সিল অসিদা মিহুৎ ২৫ য়াওখি অমস্তুং অসিগী মপুংদগী মী ৭ না শাবা একজিক্যুটিভ বোর্ডি অমস্থ শেমখি।

ইংশোক ১৯৫৯ দা কাউন্সিল অসি অমুক শেমদোক্লবা মতুংদা অয়াম্বা মেম্বর সরকারনা হাপ্পা মীওইশিংনা ওইখি। পুন্না মেম্বর ১৫ না শাবা কাউন্সিল অসি সরকারনা থম্নখি অমস্তুং

মথংশিংনা মখোয়গী মতম অসি চহি অনি অনিগী ওইখি। মতৌ অমুম্না Dr. P. Subharayam বু কাউন্সিল অসিগী সভাপতি অমসুং অতৈ অতোপ্পা মরু ওইবা মীওই কয়া—Maharaja Yadwindra Singh, Rajkumari Amritkaur অমসুং অতৈ অতোপ্পা কয়া কাউন্সিল অসিদা য়াওখিরম্মি। কাউন্সিল অসিগী মরু ওইবা উদ্দেশ্য অমসুং খোদাং কয়া মথাদা পীরি।

১। কাউন্সিল অসিগী মরু ওইবা মখৌ অমসুং উদ্দেশ্যদি ভারত সরকারদা গেমস অমসুং স্পোর্টসকা মরি লৈনবা হৌরম কয়াদা পাউতাক পীবা অসিনি।

২। ভারত সরকার অমসুং নেসনেল স্পোর্টস ফেডরেসন অমসুং এসোসিয়েসনশিংগী মরক্তসু মরি লৈনহনবা অসিনি।

৩। স্পোর্টসকী ওর্গেনাইজেসন কয়াবু নেসনেল লেভেলদা য়াওবা য়াহনবা, শক খঙহনবা অসিসু মসিগী মরু ওইবা খোদাংনি।

৪। ওর্গেনাইজেসনশিংনা ভারত সরকারগী মতেং নিজবা মতমদা কাউন্সিল অসিগী থাগৎপা রাহৈশিংগা লোয়ননা সরকারদা খঙহনবা অসিসু কাউন্সিল অসিগী মখৌনি।

হৌজিক ফাওবদা কাউন্সিল অসিনা ফেডরেসন অমসুং এসোসিয়েসন কয়াবু শক খঙহল্লি। মখোয়শিং অসিগী মিং মথাদা পীরি :—

**1. All India Foot ball Federation.**

**2. All India Hockey Federation.**

3. School Games Federation
4. Ameteur Athletic Federation of India
5. All India Lawn Tennis Association.
6. Badminton Association of India.
7. Board of Cricket Club of India,
8 National Rifle Association.
9. National Polo Association,
10. Indian Weight Lifting Federation.
11. Volley ball Federation of India.
12. Swimming Federation of India
13 Kabaddi Federation of India.
14 Table Tennis Federation of India.
15. Ball Badminton Federation of India
16. Basket ball Federation of India.
17. Wrestling Federation of India

অসিগুম্বা ওল ইণ্ডিয়া কাউন্সিল ওফ স্পোর্টস (A.I.C S.) অসিনা লৈবাক শিন্থুংনা গেমস অমসুং স্পোর্টস অসি চাওখৎন নবা হোৎনরি। মরু ওইনা A I.C S. না নেসনেল লেভেল, ষ্টেট লেভেল অমসুং ডিষ্ট্রিক্ট লেভেল কয়াদা কেম্প কয়া কয়া হাংদোকতুনা ভারতকী শান্নবা অসি চাওখৎ-খোঙথাং পুরক্নবগী কয়া হোৎনরি। মসিগীদমক, ঐখোয়গী নোনা হোগং লক্লিবা নাহারোল খিবিক্না অসিগুম্বা খুদোংচাবা কয়া লৌদুনা নেসনেল লেভেল ১দি ইন্তরনেসনেল লেভেলদা অনৌবা আশাগা লোয়ননা মায়রোং য়াবা অসি ঐখোয়গী অমত্তা ওায়রবা, শান্নবগী সংসার অসিদা, তৌত্রবা য়াত্রবা উদ্দেশ্যনি।

# এসিয়ান গেমস্
# ( Asian Games )

ঙসি ঐখোয় অয়াম্বনা তানরে, এসিয়ান গেমস্। চাও-খংলকপগী খোঙথাং মতুং ইন্না, হৌজিক্কী মতম অসিদা শান্ন-খোৎনবগী ইরাং অসি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা অচৌবা ঈহৌ অমা ওইরক্লি। মসিগা সোয়ননা এসিয়ান গেমস্কী মরমদা শমলপ্পা খরা উগনি. ঐখোয়না নিঙশিংবা য়াই, এসিয়ান গেমস্ অসি শান্নদ্রিবঙগী মমাঙদা ওয়েস্টার্ন এসিয়ান গেমস্ ফেডরেসন ( W. A. G. F. ) হায়বা অমা লৈরম্মী। অসিগুম্বা W. A. G. অসি পৃথিবীগী olympic games কুম্না চহি ৪/৪ লৈরগা ইতভুত্তনা চপ্পবা হায়না লেপ্পখিরম্মী। অদুবু লাইবক থিবদগী অনিশুবা পৃথিবীগী লান্তাওনা মরম ওইদুনা শান্নবা অদু অপনবা অমা ওইখি।

অদুবু মতমগী মতুং ইন্না মীওইবগী খুদোংচাবা লাকবদি নত্তে, ইং শোক ১৯৪৮দা লণ্ডনদা পাঙথোকখিবা পৃথিবীগী olympic games তা এসিয়াগী লৈবাকশিং অসি, শান্নবগী লম্বীদা অনৌবা মিৎকপ অমা থোকখি।. অসিগুম্বা চাউরবা থৌদাং অমা য়াখিবগীদমক, ঐখোয়না জিঃ ডিঃ সোন্ধিবু মতম লৈবা খিবিক্তা কাউফম থোক্তে। মহাক্কী অখাঙ কনবা মথৌনা অমসুং মরৌশিংগীদমক, মহাকপু ঐখোয়না "এসিয়ান গেমসকী মপা" হায়নসু খঙনৈ। অসিগুম্বা olympic games দা শরুক য়াখিবা এসিয়াগী লৈবাকশিংগী মীহুৎশিং অদু উনবগা সোয়ননা

'The Asian Amateur Athletic Federation'সি শেমখি। অসিগুম্বা শান্নবা অসি চহি ৪/৪ লৈরগা শান্নবা হায়না লেপ্লখি। অমুম্না য়ানরবা মতুংদা Sub-committee অমসু শেমখি। অসি-গুম্বা Sub-Committee অসিগী মখুত্তা ফেডরেসন অসিগী সংবিধানসু শেন্নবা শক্তি পীখিরম্মী।

ইং শোক ১৯৪৯ দা এসিয়াগী তোঙান তোঙানবা লৈবাক-শিংদগী লাকপা মীহুৎশিংনা শেম্বা সভা অমা নিউ দিল্লিদা ফমখি। অসিগুম্বা সভা অসিনা এসিয়ান গেমস অসিগী Draft Constitution অমসু শেমখি। সভা অসিনা য়ানখি মতুদি এসিয়াদা লৈরিবা শান্নরোয়শিং অসি শেম শাবা ওইনা পৃথিবীগী olympic games পাঙথোক্কদবা চহি অদুগী মাঙওইননা চহি ৪/৪ লৈরগা শান্নবা লেপ্লখি। অসিগুম্বা মওং অসিদা সভা অসি মত্ত অমত্তা ওইনা শোক ১৯৫১ দা নিউ দিল্লিগী নেহরু ষ্টেডি-য়মদা ইহান হানবা ওইনা অসিগুম্বা এসিয়ান গেমস অসি হৌখি। অসিগুম্বা শান্নবা অসিদা এসিয়াগী লৈবাক ১১ না শরুক য়াখি, অমসুং শান্নবা অসিদা ভারতনা সনাগী তকমা ৫ ফংখি। মত্তৌ অমুম্না ঙসি ফাওবদা করিগুম্বা অশোয় অঙাম লৈতনা চহি ৪/৪ লৈরগা শান্নবদু চত্থরক্লি।

অমুম্না মথাদা শোক ১৯৫১ দগী হৌনা শান্নখিবা লৈবাক-শিংগী ~~মফম ঁঅমসুং~~ চহি মথং মনাও ওইনা মথাদা পীরি :—

| চহি | মফম | দেশ |
|---|---|---|
| ১৯৫১ | নেহরু ষ্টেডিয়ম | ইণ্ডিয়া |

| | | |
|---|---|---|
| ১৯৫৪ | মনিলা | ফিলিপাইন |
| ১৯৫৮ | টোকিও | জাপান |
| ১৯৬২ | জাকার্টা | ইণ্ডোনেশিয়া |
| ১৯৬৬ | বেঙ্কক | থাইলেণ্ড |
| ১৯৭০ | স্কোল | সাউথ কোরিয়া |
| ১৯৭৪ | টেহারান | ইরান |

ইংশোক ১৯৬২ দা জাকার্টাদা তৌখিবা এশিয়ান গেমসতা ভাব তানদবা খরা থোকখিবদগী স্পোর্টসমেন স্পিরিটতা অকায়বা খরা থোকখি। অসিগুম্বা এশিয়ান গেমস অসিদা ইণ্ডোনেসিয়ানা টাইৱান অমসুং ইজরেলবু শান্নবা অসিদা য়াওদনবা দাবি তৌখি। মদুনা সুংঙাইনদবা ফিবম অমা ওইখি। অদুনা চহি অসিগী এশিয়ান গেমস অদুদা জাপাননা সনাগী তকমা ৫৫ ফংদুনা খুদোংচাবা লৌখি অমসুং ভারতনা সনাগী তকমা ১০ তমক ফংখি। অদুমকপু ভারতনদি ফুটবোলগী চেম্পিয়নসিপ ফংখি। লাইবক থীবা অমনা পাকিস্তানগী মথুত্তা হোকিদদি মায়থীবা ফংখি। মথং অমুক ইংশে ক ১৯৬৬ কী বেঙ্কক্তা পাঙথোকখিবা এশিয়ান গেমসতা টাইৱান অমসুং ইজরেলসু য়াওখি। অদুবু চহি অসিমক্তদা জাপান্না সনাগী তকমা ৭৮ ফংদুনা মকোক ওইখি।

মতৌ অসুন্না ৱার্লড ওলিম্পিক্সা অতৎপা লৈতনা চথবগুম এশিয়ান গেমসসু মদুদা শরুক য়ারুবগীদমক অকুপবা খোৱাং তৌবসি লেপ্লক্তরি। জাতিগী ওইনা সুংগীদমকসু মথং মথং চথরক্কনি অদুগা ইমান্নব মরক তিন্নবা খোৱাং য়ারক্কনি হায়বসি নাহারোলশিংগী অচেৎপা পুক্লচেল্লি।

লোইরবা

